# মৈলোক
...LAL NEHRU ...
...of Post Gradu...
# মৈক্রুপ আশদং

কখোকচবা ঃ ঐগী অহাল্বা অমস্থুং অয়োইবা
মণিপুরী লোনগী গুরু পলেম
ইমাগী মফমদা।

খৈরুদ্দিন

# কবিগী ৱাহৈ অনিদং

কুনগুবা শতাব্দীদা মমারোলবু মুংশিদবা জাতি অমসু লৈরী হায়না কনাগুম্বনা হায়রবদি মহাকপু Lunatic Asylum দা-থাবগী প্রস্তাব অগাং অমনম্মু পিরকনি ইরায়-লায়না। অদুবু ইমারোলবু কনমক্ মুংশিজরবসু মণিপুরগী মপাল্লা পোকচবনা ইমারোল পাবগী খুদোং চাবা ১৯৫৯ গী আসামগী শিক্ষাগী পাথাপতা য়াউরমদে হায়বয়ে. কাছাড়দা লৈবা মণিপুরী শিংনা হেন্না খণ্ডবিরবা রাফমনি। বাংলাদা স্নাতোক ওইজবনি। সাহিত্যদা থরায় জাউই হায়না বাঙালী ইমারব শিংনা কলেজগী পুন্সিদা হায়নথী। মরক মরক্তা ইশানা পেনজবা বাংলা কবিতা অমা অনিসু ইথোকথী। কলেজগী বাল মেগাজিন্দা ইশাগী কবিতাবু বাঙালী শিংনা পাবিবা উরগা কবি ওইনিংবা অমা ফাউথীদবদি নত্তে, অদুবু বাঙালী কবি অমদি ওইবা উমজথিদ্রে। ঐগী মরূপ নিহারেন্দ্র নারায়ণ ঠাকুরনা মহাকী 'উন্মোচন' হায়রবা মেগাজিন অমদা ঐবু বাঙালী কবি মরক্তা তিলহনিংলম্মী। ঐগী কবিতা অমবু মহাক্না নমহুনা ফোংবিখী। ঐহাকী কবিতাবু বাঙালী পাঠক শিংনা wall magagine দগী সাহিত্যগী ম্যাগাজিন অমদা উবা ফংবিখ্রে। অদুবু ঐনা চিংনবদি তোকখিদে। ঐসে কবিরা ?

১৯৬৯-৭০ ইংরেজীদা সিজেরবন্দগী খুডা ইবুঙো রাগীন্দ্র বাবুনা ঐগী কবিতা পামজবগী লাইনা অদুবু উবা ফংখী। মহাক্না

ঐবু মণিপুরী কবিতা অমদং ইয়ু য়েংসি হায়না হায়বিখী। সিলেরবন্দ হাইস্কুলগী ওঝা অমা ওইরগা মণিপুরী খণ্ডদে চায়বসে ঐনা হায়হনলিংখিদে। মরমসি ঐগী ইশাজোলদি "মণিপুরী" লোননি।

পুন্সিদা অমুক্তস্থু মণিপুরী শৈরেং পাজত্রিবা ঐহাক্না, রবীন্দ্রনাথ অমসুং নজরুলগী কবিতাদা লুপচদুনা লৈজরীবা ঐহাকপু, মণিপুরী কবিতা ইয়ু হায়বসি ওৎহোকপনি। ওহ। ঐসে 'মণিপুরী' অমনি। ইমা নংগী খোমলাঙ থকখীবা অশেংবা ওইরবদি, অচুম্বা ওইরবদি, ঐসে শোইদনা মণিপুরী কবিতা ইবা উমগদবনি। ঐগী থম্মোয়না হায়খী "মেম্মগা-মমাগা" হায়বা কবিতা সে ইথোকউ। নঙসে ধর্ম্মদা 'পাঙন' ওইরবস্থু নমারোলদি 'মণিপুরী' নি॥ খোমলাঙগী লমন খুমলো? খঙহৌদনা ঐগী খোর্জেদগী খোকখী—

পলেম তম্পাক্তা তুমিন্না ফমলগা
নোকমিবা মাইথোংদা চিংনা যেংলগা
মেম্মা লৈরাংনা মমদা হংলক্মী
পালেম তমপাক্তা লাকত্রিডে ইমা, ঐ কদায়দা লৈরক্মী"

খোমজিনবা মণিপুরী সাহিত্যদা লৌথংপীদুনা ঐগী লাংতক্লবা কোকহনখী। খুড়া ইবুঙো বাগীন্দ্রবু ঐনা ঐগী মণিপুরী কাব্যগী গুরুনি হায়নিংই। মথং মথং ঐনা শৈরেং খরদি ইদবা নওে। অহুবু খুড়া ইবুঙো চন্দ্রসিংগী 'নোকপোক মৈরা' নওনা কনাদস্থু ঐগী কবিতাবু উচ্চরুদে। মতাংশিদা আসাম সরকারগী **Assembly question** অমদা ঐবু হঙবিখী "নঙ মণিপুরী খঙব্রা?" রাহং অমিনা ঐগী পুন্সিদা **Turning point** অমা

পুন্নকথী। মহুদি ঐনা চপজুংনা লেপথী, ঐনা শিহন্নিবা পিন্নাং চতুমসে ইমাৱোলগী দমতজনি। সমাজগী অযোৎপা পুক্চেল কন্না নিংশিঙলগা অমসুং মখোইগী হামজিল্লবা কাথুক কান্না চৎপা শাজৎ কন্নাবু উন্নগা নোক্লিডদবসু নওে। ঐগী কবিতা শিংবু ঐনা মিংথোন অমা পিজগে হায়না খল্লুবদা "মীনোক পীরাংগী মীৎকুপ অনিদং" হায়না কৌজনিঙবনা হেজিনখ্রে। 'পুন্সি' অমসুং 'ঐগী রাখল' হায়নসু থোম্ব য়াবনি। অহুবু থোনশ্রীবশিবুনা হেন্না, ঐনা পামজবা ওইখ্রে।

ঐগী মরূপ কয়ানা ঐবু inspiration পিবিথী, তেঙবাংবিথী, মখোইগী মফমদা পুন্সিসিমগী লমন তোঞ্জবা উৎলগা মখোয়গী invaluable মতেং শিংবু ময়েং তাহননিংদে। ঐগী calleague শ্রীব্রজেশ্বর কাছাডগী মণিপুরী কবিশিংগী মন্নুংদা লুচিংবনি। কবি অমনা কবি অমবু মুংশিবা অমসুং তেংবাংবদি মশনা তাবনি॥ মহাক্কী থস্মোয়দা ঐগী থস্মোয়গী মমী তাবা উন্নগা ঐনা পেনজে। মহাকসু অতুমডাই। তাদা মদোনগী মুংশিবা রাহৈ অমসু অধ্যাপক কালাচান্দগী পুবচেল লুবনা ঐগী "মীনোক পিরাংগী মীৎকুপ অনিদং" হায়বা কাব্য অসে মণিপুরী কবিতাগী পাঠক-শিংগী সমাজদা শকউৎপা ঙমজবনি॥

ইমাৱোল মুংশিবিবা কাঙবুনদি ঐগী কবিতা খন্নসে বানানগী কৈঙুমপন লান্দুনা ভাবগী লৈকোন্দা বস চুপ্পা ঙমখিগনি হায়না থাজবা পোকই। ঐগী অপেম্বদি ইমাৱোলগী থৌগনদনি।

খৈরউদ্দিন

২৭ ফেব্রুয়ারী ১৯৭৬॥

# মীনোক পীরাংগী মীংকুপ অনিদং

[illegible]

# মীনোক পীরাংগী মীৎকুপ অনিদং

শংবাম্নববা মহৌশাগী লৈকোন্দা -
থাবলগী ইপোম্নদা থম্মোয় শুমহৎপা
খুঙংগী অমম-অঙাল কুপ্পদা,
চৎমিন্নসিকো ইবানি খুজেং পালোইননা
মীনোক পিরাংগী মিকুপ অনিদং
পুন্সিগী বসন্তনা খোংদোয়রকপদা।

হৌখিবা পুন্সিগী বসন্ত ঋতুদা
উনারক্তা লোৎতুনা, শুমহৎপা মিনোকা,
শকহেন্বী নহাক্না চিন্নোক্নুনা হায়খিবা,
পুন্সিগী রারীদা বসন্ত না মুৎত্রিবেঁ,
কাউজয়োয় ইবুঙো, পুন্সিগী মরূপ,
মীনোক পিরাংগী নিংখিবি জগৎতা।

অতিয়াগী মথাদা তুরেলগী তোবর্বান্দা
অচিকপা লমদমগী পিক্লবা খাংপোকশংদা,
অরাপ্পা চীংজাউগী শংবাম্নবদা য়েংলগা,
কোম্নৌগী মঙান্দা, থাজগী ইপোম্নদা,
নোকমিন্নসি, কপমিন্নশি, অপুম্বা খোজেনদা
মীনোক পিরাংগী মিকুপ অনিগী পুন্সিদা।

ওঙ্গোকপনি হো পুন্সি ! অঙকপা মতৌনি ।
খঙহৌদ্রবা লাকললমী ডমথীবা নোংলৈ, হুংশিং অমদং
মুংলহন্‌বিখে ঐঙ্গী আশাগী থাউমৈ,
মৈখেকপিখে ঐখোয়গী হুংশি থাংলোকপঙ ।
মীনোক্কী মিকুপ অমা বিদায় লৌখে,
পিরাংগী পুন্সি অমদা ইথত্তা লৈহৌরে ।

# পুন্সি

হে পুন্সি, নঙগী কাগীদি অঙকপনি!
ইতিহাসকী অঙম্বশিংবু কালগী কৈশুমশঙদা
করবা জাহ্নগী নাশোয়া ভুমিয়া লৈহল্লিবা ?
মখোয়গী খোংউপকী চৈনাখোম্বা নিকলগী জগৎ
মখোয়গী শগোল থুজিন্না হৌহল্লম্বা উফুল
জগোয়শাবীশিংনা শকলম্বা ঈশৈগী খোজেল
য়েক্লববু লোই চম্বদা শেমলম্বা পীলায়
হৌখিবা যুগকী অমুদগী পরমাণুকাওবা সৈন্নী ডম্মক,
অতিয়ানা কোইশিল্লিবা মীনোক পিয়াংগী তাইবঙদা।

সংযুক্তানা পৃথ্বিরাজদা কংখিবা লৈপরেং
রাজস্থানগী অঙাংবা গোলাপ লৈমানা,
কল্লকতুনা শোয়রী স্বংশিবগী থুদমবু
কোর্সিকাগী থৌনাফবা নেপোলিয়নগী
নৈহৎলবা খম্নোয়গী পিবাংনা চোৎলবা খোজেল
সেন্ট হেলেনাগী কৈশুমশঙ লান্দুনা,
ওসিম্নু তাবা ফংলি ভিয়েৎনাম, বাংলাদেশতা।

অঙকপনি পুন্সি।   হেন্দোকবুক নিংশিংহল্লি,
নিংশিংহল্লি পুন্সি ,  মৈথুরক্তা ভাওথীবা
সেনাপতি, নিংথৌরেন অঙমঅথৌ কয়াবু,
তাহল্লি মখোয়গী খম্নোয়শোকপা রাইহেশিং

"Sweet Helen , Make us immortalwith thy kiss"
ফাগীদা ভাওরবী পুন্সি, বাহৈশিংসে ভায়গা
করম্বা মীনোক্না নোকখিবা নহাক্না ?

কালগী কৈগুমশঙদা ভুমিন্না লৈখ্রবা হো পুন্সি
সনালুপাগী জাহ্নগী চৈদোন্না শোকপদা
অমুকহন্না জগোয় শাববোইদ্রা ?
মী নাক পিন্নাংগী নিংশিবী জগৎতা
পুন্সিগী ঈশৈ শকলবোইদ্রা নঙনা ?

হে পুন্সি , নহাক্কী ফাগীদি অঙকপনি !
ইতিহাসকী কৈগুমশঙদা ওইজনিংদে ফাদোক,
ওইজনিংদে তাজমহলগী অঙৌবা মুঙস্থ
মীকুপ অমগী পুন্সিদা তিংথৌমতোনগী লিক্লাগুম
মচুভয়েৎকী মীনোক অমদং
শংবাম্নবা খুঙ্গংগী ভম্পাক্তা
পুন্সিগী খুদোল ওইনা থমজরমগে।
হে পুন্সি। নহাক্কী শৈশক্কী অতোম্বা ভাবোক ওইজগে
মপুগী কোলোয় শোজগে চিক্ল-চিক্ল
অশোংবা উমংগী নাইতোম শাংপী লৈরাংগুম
মীওইবগী মীৎয়েং মপান্দা।

---

# ষ্টেটিস্টিক্সকী ফাগী অমা

হৈ-শিংলবা স্টেটিস্টিসিয়ান অমা
লাকলম্মী নিংথৌকোনুংদগী।
অঙকপনি! ষ্টেটিস্টিক্সগী যন্ত্র অমনি।
কোনুংদগী লাকপনি চাওখৎপগী হিসাব থিবা।
হৈশিংলবা মীয়ামগী সভা অমদা
হরিং খোঞ্জেনদগী হেন্না মিরবা সুরদা
কমপাইলেশন্ অমসুং টেবুলেশনগী মথক্তা
হাকায় থল্লবা ভাষণ পীরি মহাক্না।
ভাবোক ময়াম্না তারি মমিৎ উইশিন্দুনা।

শব্দ পোলাংগী অভাং পবেং অমনা
নিংথৌ কোনুংগী থোঙজাওদা,
মথুৎ থিন্দুনা লাওবী মকম্থি থোক্না,
"ঐখোযগী হিংবগী মচাক কদাযদা লৈ?
চানবা চিঞ্জাক, শেৎনবা ফি, লৈনবা যুম
মুন্থিখ্রে অমত্তা থাক্তনা।"
মবুক নোইবা, ফিজোন লুবা কাংবু অমনা
মখোযদা ওনশিন্দুনা ফাক্-ফাক নোক্লি
অমসুং অকিবা ফংনা অভাংশিংহুবু
ফাবগা অমমম মথাযাত্তা হুনজিনখি
শব্দ পোলাংতা ভাযববা মখোং মচাশিংহুনা
মালংদা চোংলি ফ্রিং-ফ্রিং।

মীং পাঙহনা য়েংবদা হুমাংনা লৈরিক কারম্মী,
ওন্থোকপনি। করম্বা মঙদানো মসিবু!
কোনুংগী হিসাব শুবগী হযিং খোঞ্জেল্পা তারম্মী
"In this 27 th year of Independence
We have solved successfully
The Problems of food and education"
মমিং উইশিন্নুনা তারিবা ভাবুকশিংনা
কবম্বা মঙলানা উরিবা মচুদি খঙদে,
হাকয়া থল্লবা ষ্টেটিস্টিক্সগী সভাদা,
অচিকপনা লৈজেংলি A Pin drop silence.
ঐতদি মীকুপ অমম্তুনু পোম্বাবা ফংখিদে
শরু পোলাংসী অঙাংশিংবু
মবুক নোইবশিংনা অকিবা ফংনা শাইগাযখিবন্থু
মখোয়গী মখোংনা মালংদা চোংবন্থু!
"The meeting is ended, thank you all."
কোনুংদগী লাকপা হিসাব শুবগী বা তারগা
ভাবোকশিংনা মমিং নোইরু-নোইরুহুনা মহৈ মহৈ চৎনখি।
মখোযদী মচিন্বান অকংবশিংহুনা তাকপদি
শোইদনা মখোযনু মঙলান্দ উখি
শরু পোলাংগী অঙাংশিংগী মূর্ত্তি
শোযদনা তাখি মখোয়গী খোঞ্জেল।

নোংমদোন খেৎনবা দালানগী চীদাযদা
অহাংবা অতিযাগী মীছৎ থোংদা
বিথিনা উবগা হায়ম্মী নাশোন্না.

"মীওইবা নখোয়গী লীলা উবদা
পেঞ্জরে ইবুঙোশিং শানোইবা, পুক্নোইবা।"
হৈটিসটিক্সগী ফাগীদি শোযদনা লোয়রমি,
ভবিষ্যৎকী হিসাবতি শাইরমি মখোইনা
শরুগী পোলাংনা, চদৎনরবা কাংবুনা।
অহাংবা অতিয়াগী মাইংগেদা ওন্দুনা
খ্বমজখি মহাকপু, হিসাবকী গুরুবু॥

---

# ঐগী ৱাখল

মীওই পুক্সিনি, অশিবা মচানি,
নোংমা শোয়দনা শিবা মহৌশানি।
ঐদি লৈরবোয় নিংথিবী তাইবংদা,
লৈহৌগনি ঐগী পেন্সবা ৱাখলদি।
পোম্বী চেক্লাগুম অতিয়াদা পাইৱনি
ঐগী পেন্সবা থম্মোয়গী' মৈরিকশিংনা।
নোংজু অহান্বদা যেন্নিং হুনবগুম,
নোংবিক্লা খিকপদা মযোল চোংবগুম,
ঐগী ৱাখলনা য়েন্নিং হুনগনি
ঐগুম্বা কনাগুম্বগী থম্মোয় লায়ুমদা।
মীওইবগী বাখলদি লৈগনি তুংদসু
লৈরোযদবদি নঙ ঐ গুম্বা মীওইতনি।
থম্মোযগী ঈহৌদা জগতপুম্বনা ভাওগনি
ঐনা ভাওবগুম নখে যসু ভাওগনি।
হঙ্গনি, থিগনি, শান্তি কদাযদা ?
ঐগী অপেম্বা ঐগী ৱাখলনি,
মৈতৈ ইমাগী শান্তিগী শক্তমনি।
পাবা নমোমগী হুংশি লৈপুন,
অমত্তা ওইবা ৱাখলগী ঈচেল
মীগী ধর্ম্মনা অথোইবা ধর্ম্মনি
থম্মোয়গী লৈকোন্না মখোয়গী লাইশনি।
ইমাগী শান্তি' লৈকোনদা,
ইক্‌বালসু চেক্লানি, চাউবাসু চেক্লানি,
থোইবীসু পোম্বীনি, হেনাসু পোম্বীনি
মৈতৈগী লৈকোন্নুংদা ভানথোইরী পুন্নমক্।

## য়ুমলোম্নবা

মিনি ইঞ্জিনিয়ার অমা মতম থরগী দমক্তা
ঐ খোয়গী য়ুমলোম্নবা ওইরম্মী।
অঙকপনি। খঙহৌদনা মহাক ট্রান্সফার ওইখে।
ঐগী থম্মোয়দা তুঙাইবা-মিহুন অমা পোকখী।
তাঙ্গাহুদা রেডিওদা তুপা অমনা হায়খী,
'ইজ্রাইলনা সিনাই লমদম থারহুনা
মিশোরগা য়ান-চেন্না মমি তৌখ্রে।'
ঐগী তুপীনা হংলম্মী, "মতৌপাইদি কনাগনা চৎখে ?"
অমুবা কাইনা অহুদা মায় ওনশিনহুনা থুমলম্মী,
'য়াম্না ফরেদা! মিছিল ইণ্ডবা শান্তি লাকপগে।'
যুমলোম্নবা অহু চৎখ্রে, খোঙজেলশু ত্যজে
হিগংপদা অফাওবা মতৌ মনাও কনিদো
চাং। হৌদোংশিদি। ইকায়মা খঙহেদা!
মীবাক্তবু মখেলাঙবা শারহুনা!
লম্বোইবা হৌ-দোং লাবা অহুনা রাখল কায়হল্লম্মী
পুঙ নিপ্পালগী হিন্দী বুলেটীনদা হায়খী
"মুজিবুরগা লোইনননা মন্ত্রিশিংবু
ঢাকাগী জেলদা হাৎখ্রে!
মেজর ডালিমসু থাইল্যাণ্ডগী হোটেলদা পোথাখে।"
রাখালগী মীরাঙ মহুমদা ঙথক হৌরম্মী।
মিনি ইঞ্জিনিয়ার! বাংলাদেশ!
কিসিঞ্জার! মিশোর! ডালিম! থাইল্যাণ্ড।
ওন্থোকপানি। য়ুমলোম্নবা।
নহাকপু! গুড়বাই অমত্তসু হায়হৌদ্রে
ন য়াগা ঊমহৌদ্রে। ওন্থোকপনি!

# জ্ঞান তাবা

মৈথু মরক্তা কাংবু অমনা মমিংমনা ঙাংবমথৈ
মখোইনা পামজবা কবিগুম্বা অমা খিজবা উরগা
অশিংবা মী খরনা মৈবিক মরক্তা নোকমী নোকমী তৌরি ॥
মখোইগী মচিম্বান্দ মৈঙান উরগা
মমার থীরবা লানমী খরনা হাযনবী
অরাম-খৌরাঙগী-লাভা-তুরেল রাংমদা
পুকনিং হুনফম লমদমশিবু যৌবা ঙমলোইদ্রা ঐখোযবু ?

ঐখোযগী পৃথিবীগা নক্ননা লৈবা লমদমসিবু ফজৈদা !
বুলেট অমনা থম্মোয ফাউনা হায়বম্মী,
অপংবশা নশানা-নশাগী অশেংবা নমিবু খঙদ্রবা ?
কলকপা তুকচ্ছবগী, তমথীবা-কারাম চাউবগী বাংমদা
লৈরীবা লৈত্তম-অসিবু নহাক্কী থম্মোযগী স্বর্গ নত্রা ?
লৈচিল্লক্তা লমুক্ননা লৈরিডৈ ত্তানজা অহুদা
খবর জোম্বা চাউবগী মল্লবা খোঞ্জেল "বাবু ! পাউচেনা"
ঐগী ঐহাকপু নোথাঙ মৈরিক্কী শিংজা অমনা ফুরম্মী
খুদক্তুদা লৈচিন পুম্বা মাঙখীরম্মী, হুমিংনা যাকায়রকপগুম,
মঙান পুম্বনা খোঞ্জেলথোক্তনা নোকলম্মী ।

হিজোল পারেংনা তুরেল মপান্দা চিরু য়াতানরি,
শংবান্নবা চীংশাং অতুনা তোর্বান ময়াদা পোথারী।
থম্মোয় চাউবা আত্তিয়ানা চিল্লোকনরি চীংয়াদা,
মীপাযগনবী মালেম লৈমানা মমায লোৎলী উনারক্কা।
পুন্সি ইবেমা লাইরবীনা মমোন মমোন নোক্লী চিদায়দা।
নিংবা কাযরবা লানমী শিংনা অনৌবা জ্ঞান অমা ফংলম্মী
ইকনোমিকী প্রাকসরনা ক্লাশকম হৌনা লাউরম্মী
**Hoarding and black marketing must be fought out.**

---

## মেরা থাজ শকহেম্বী

নোংজু থাগী অতিয়াদা ঊঙমবকা উরিবী ও ;
নোংমদোনগী লৈমাও, নিংথিজৈনা, ফজৈনা !
কুপাক্কেং কাক্কেং তৌবগি মশকনবু লোকপাম ?
তাইবং পুক্লিং হুনমন মেরা থাগী থাজও ।
কাইন মৈশা লাংলবী থম্বাল মানা উরগা
তনিক তনিক শাংলক্লে ওইনচাওবী মহাক্লা

মপান নাইদবা সংসারদা, অবা-হুঙায় ঈপাক্লা,
নোংজু থানা লোযবদা, পিয়াং লাইজনা খম্বদা,
তুমথুন হুনথ্রবা খুঙগংগী শংবাম্নবা উনারক্লা,
মু-না মু-না যেংলিবী নোক্‌মি নোক্‌মি মাযথোংদো
নোংমদোনগী লৈমাও নীংথিজৈদা ফজৈদা ।
লৌমী পাখং কয়াগী নুংশি মৈচাক কোক্লরি
চাংদম্বদা পেন্দবা নহাকী চেংলো শক্কমদা ।

অবা-পোৎলুম পুঙমত্রবা লৌমীশিংগী পুন্সিদা,
কুমগী তমথারবা তাংলো মানা লোয়থ্রবদা,
লৌমীশিংগী মীৎম্না থম্না মঙলান পুরকপোই ।
শংবাম্নবা লৌবুক্তা ফৌনাশিংগী জগোয়দা,
মতুপোম্বা পম্বোগী পারী-নমোম কয়াগী
কায়রবা থম্মোয়দা নিংথুং, রাখল পোকহল্লি ।

মেরা থাজ শকহেন্বী, মালেম কোয়না ভাল্লিবী
চেংলৌ নঙগী উবদা থম্মোয় মানা পেজবা
লৈচন চানা লৈরাংজবা ঙমজদে-ঙমজদে।
লাইজ-ঈরা খিকপদা লৈরাংশিংনা তেকৃথৎপগুম
লৈরাং মাগী মতেংনা লৈকোন থুংনা ভানবগুম,
থম্মোয় ঐগী লায়ুমদা রাখল-জোয়ার লাক্লেদো।

---

# তেংনা পাম্বী অমা

হন্নুরবা তেংনা পাম্বী অমনা
ঐগী মরূপ বাযেল পীবা অমগী থোঙ্গালদা,
চয়োল কযাদগু লেপ্তুনা লৈবা উই ॥
মহাকসে শোইদনা তোয়েনবীগী
সভ্যাতাগী ইতিহাসগী লীরবা ছাত্রনি ॥
অহূগী নোংচুপ থঙবদা ম'ফম অমস্ত লৈ ।
মরক্তা চাউখৎপগী অফ স্লট্ ওইবা
ফুরা দালান মচা অমা-অনিশু উবা ফংই ।

মংফম অতুদি ল্পিবিচুযেল জগৎকী
অফাউবা মঙানগী মরূপ অমনি ॥
তেংনাপাম্বী অসিনা সাক্ষী ওইরি
সভ্যতাগী চাউখৎপা অমসুং চাউথবগী ।
হৈশিংবা মচিন মনাউশিংনা অপঙববু
শক্তি পাযবশিংনা অশোয়বু,
নমথাক তৌবগী, ওৎ নৈবগী,
রাঙাংদবা সাক্ষী তেংনা পাম্বী অহূনা
নিলা'খাঙলবা শহরগী চিদায়দা
নোংপোক থংবা খুল্লক্তা যুগ কযাগী সভ্যতাগী সাক্ষীনি ।

থাবল মঙাম্দা লুপথ্রবা অহিংনি,
টিউশন তৌরুবদগী হন্দ্রকপনি,
মথৌ লোইরবা শহরগী মীপুম খুদিঙমক্
মহৈ মহৈ, ময়ুম-ময়ুমদা হনজিনখ্রে।
লাইরবা ওঙা ঐতনি লম্বী চৎলীবা।
খুদক্তদা মৌসুমী হুংশিংনা, ভাউশিন্নরম্মী
ইঙবনা-ঐস্‌ হুংগন্নরম্মী। অহুবু অঙকপনি!
থাবলগী ঈপোমদা ভাউরবা ঐসু
মিতাগী মমোন নোকপা মাইথোঙহু নিংশিংলম্মী
মহাকী মুক্তামানবী ময়া পরেংগী ঝিলিক্‌ অহুবু
লুপা মচুগী থাজ মঙাম্দা থীবা হোৎনরম্মী।

পরক্‌! পরক্‌! ঝম·······।
ভেংনা পাম্বী অহুগী মন্নবা মশা অমা কেম্থরকই।
তিংথৌ মতোন্দগী লিক্লা-মরীক্লা কেন্‌থীবগুম,
মঙাম্না নুমিৎ তান্নগা মাংখীবগুম,
চহি-কুনথ্রাগী রাখলহুবু শিংজা অমা লোৎখী।
মনম পোন্নহুনা অইঙবা হুংশিংকী শমু থাঙখী।
লিক্লানা চোৎলবা মহাকী লেগাইরবা রোট অহুবু চেংনা কোনশিন খী।
মহাকী হুপী অমম্ভুং মচাবু নিউশিংলম্মী।

---

# স্পেকুলেশন্

বাজারবেগ অমা পাযরগা প্রপ্-প্রপ্-চৎলম্মী।
খৈ'দল চ'ফমদা মশান'নবা লুপা মচা অমনা
উবি রাবীনা শাবা তক তক্কবা টেবিল অমা যোল্লম্মী
আধুনিক কো'টক্ক ইণ্ডাষ্ট্রীগী চাউখৎপা নমুনা অমনি।
সেলসম্যান অহুম্মু অঙকপা ফংনা মভার্ণ হাযবহুনি।
কাষ্টমার মযাম্না কোইশিনহুনা মমল তিক্লরী।
ঐস্মু যেঙনিংলম্মী কবম্মা মীতাফম পে'ৎশকনো ?
মীযাম মরক্তা ক্রিক ক্রিক ইন্নাহুনা খুনিং কাঙহুনা যেংলম্মী
ওহো। কযতা ফজরবনো। পুকনিং হুনফম খুৎশেমনো।
আধুনিক শিল্পা অনগী খুৎহৈবগী খুদম অসিবু,
পৈশা-পাইবা কাষ্টমার শিংনা করেম্মনা হাযবম্মী
"ইস্। ইবুঙো নংগী টেবিল অসিবু কবম্ম উচান্না শাবা'না ?
লুপা-কুনদং হাযবদি বাৎমল্লীদনা।
মিউজিযামদা থম্নবা প্রোপোজেল অমা পিখৎলো,
ইঞ্জিনিযারশিংগী মোডেল ওইবদা মতিক চায়।
টেবিল অমা শারগা মিলোনিযার ওইনিংঙ্গ্রা ?"
হৈশিংলবা কাষ্টমারহুগী করেম বাহৈ তারগা
রা-রা-লাউবা খোঙ্জেলনা খৈদেল পুম্মা নিল্লম্মী।
ফিজোনলুবা সেইলসম্যান অহু ইঙক-ঙক্না লৈরম্মী
"ওহ ! ওম্মোক্পা মতৌনি, ঐগী ইরালনা করিনো ?

14701

চয়োলচুপ্পা হোৎনরগা শেমজররকৃপা টেবিলনি  
লুপা কুনদং শোনজকবা হক্‌মনবরা ? ”  
ইকোনোমিস্নগী প্রফেসর অমনা নোক্‌ফেৎ তৌনা হায়রম্মী,  
**“What a silly speculator is this man ! ”**  
শিল্পী অমনা অপড-থৌনা থুমলম্মী  
**What an invaluable piece of art is this !**  
খৈদেলগী অর্থ য়াউদবা খোল্লাউ মরক্তা  
শিল্পী অতুগী বাহৈ থরদো মাঙখিরম্মী ।  
ঐস্নু ঙা-য়োনফমদা চঙলম্মী লেপ্তনা,  
নমথীবা ঙাগী অপুম্বা মনম অমস্তুং অয়াক্‌পা খোঙ্গেল নত্তনা  
অতোপ্পা করি অমওস্নু থম্বদা থোকলমদে ।



## ঐনা পামজবা ঈশৈ

নিংথম থাগী অয়ুকনি
য়াহৌ ওন্বা অহল খরা নত্তনা
অচিকৃপ লম্বী অতুদা কনাম্নু থেংনদে।
শহর অমস্নুং খুল্লকী চিল্লাক্লফম্মি,
ফুরা দালান অমস্নুং শংবান্নরবা উপালনা
লৈতেংলবা অচিকপা লম্বীনি
ঐ নত্তনা লোইনবা কনাম্নু লৈরমদে॥

কোরৌ মশেকী অহান্বা মীনোক্তা
ঐগী থম্মোয়দা ঈশৈ অমতং শকৃনিংলম্মী
অতুবু থোঞ্জেলদি থোক্তনা ওংলম্মী।
ইবুঙো মহাকী নিংশিং ইছন অমনা
ঐগী থরাই হকচাং অনিমক তনিকৃহল্লম্মী।

খুদক্তুদা যেংথোক্ খবদা উব কংলম্মী
তিংথৌ মতোনগী লিক্লা মবিক্লা
থম্মোয শুমহৎপা মচু কয়ানা তনিক্লগা
ঐনা শকপা ঙমদবা ঈশৈতু শবৃপীরম্মী।
মীৎফম হোংদনা যেংলম্মী
অমস্নুং থম্মোয়দা কোন্দুনা পুরক্লম্ম
ঐগী পীরাংনা চোৎলবা শৈরেংদো।

ওঙ্খোকপনি। ঐনা তৌগদবসে
অয়ুকত্তা মালং ইচিক হমৃবা লাকৃপনি
অহুবু করম্বা মত্তৌনো থঙদ্রে।
লিক্লা মরিক্লা, মখোয়গী ঈশৈনা
ঐগী থম্মোয়বু পোথাফম পিরমদে।
মচু তরেৎকী মীনোক্লা, মতমলৈবা থিবিক্তা,
ইবুঙো মহাক্কী যাইক থৌরাং নিংশিংবী।

ওং। ঐদি কুনগুবা শক্তম্দীগী,
কমর্শিযেল শহব অমদা লৈবা মীনি।
রার্ক শোপকী অয়াকপা খোঙ্গেল মরক্তা
ঐনা পামজবা ঈশৈ অহু মাংখ্রে।

---

## কৱি

খুৱমজৱি নহাকপু, কচ্চৱি ভক্তি,
মাপ্লেমদা লৈতুনা স্বৰ্গদা কোয়ৱা ভস্বা,
নন্দন লৈকোনগী পাৱিজাত লৈৱী চুপ্পা,
গুনখিবিকনা লৈতেংলবা ইবুঙো নহাকপু,
কল্লকৃনবি নহাকপু অমৃতকী দেবশিংনা ॥

য়েকপীৱি নহাক্না স্বৰ্গগী দৃশ্য কযা,
নীংথিবনা পুক্লিং হুনকম, মীওইৱগী পোথাকম,
নহাকী খোৰ্জেন। পীনৱা পাওজেন্দা,
অৱাম খোৱাংবা কাওনবী মীওইৱনা,
দেবগী কচু শংজৈ লৈবাকী হকচাংদা।
কল্পনাগী দোলাইদা স্বৰ্গদা কোইজৈ
খুৱুমজৱি নহাকপু, দেবদূত ইবুঙো ॥

অৱাম-খোৱাংবনা কংলবা চিৱাপ্পা
অমৃতগী লাইজ খিকপীবা হে কবি।
নহাকপু দেব হাযবদা হায়মৱা থোকপৱা ?
মীহুংশি শকত্রবা জগৎকী ফম্বাকতা,
নহাকী শৈৱেংগী অমৃত ৱাহৈনা,
পিৱাংগী জগৎতা মীহুংশি পুৱকই।

হে জগৎকীদি অথোইবা।   মীপোকতদি লাইপোক্লি,
নহাক্লা কোইদবা করম্বা লমদম লৈ ?
স্বর্গদা, পাতালদা, শহরদা, চীংজাওদা,
শোংলবা উমংদা, সমদ্রু তোর্ব্বন্দা,
অউ-উদা পূম্নমক য়েকপীরি নহাক্লা।
পীবিরি অমম্বদা অঙাম্বগী মশেক,
হে, জগৎকী চিত্রকর, অমৃতগী দেবদূত।
নহাকপু দেবদূত হাযবদা হাযমনব্রা ?

---

# প্রার্থনা

য়াম্না থীম্নবগী ঈচেলদা, ঙাংলবা-পৃথিবীদা,
যেক্না-হিংচাবনা লোই চল্লবা তাইবংদা,
নিঙবা কায়বনা ক্রিক ক্রিক্ ইম্নরবা খৈদেলদা,
ওৎ-নৈবগী খোঞ্জেলনা জিল্লবা মালংদা,
হরাউ-তয়াম্বা, অয়ান-খুবম পিনবঙম্বা হে মপু !
ধর্ম্ম লৈতবা জগত্তা নুংশিবগী গঙ্গা চেলহম্বা,
অমম্বা পৃথিবীদা মঙালগী জোযাব পুরকপা হে ইবুঙো।
নহাক্কী তোল্লবা ননাইনী ঐস্মু,
তাবিয়ু ঐগী পিক্লবা প্রার্থনা অমদং।
"পিনবিয়ু ঐঙোন্দা তক-তরুনা ফোংদোক্লিবা
শংবাম্নবা উপাল-হৈপালগী মঙানবু নুংশিবগী
অবাংবা অভিয়াগী খোঙচৎ-পৃথিবীলাম্বা মঙালগী খোঙচৎ।
অমম্বুং অহিঙবা থরায়গী নোংলৈ নুংশিৎ।
পিনবিয়ু ঐঙোন্দা মপুংমরৈ ফাববা
পুন্সিগী ঈযাযদগী হোন্দাকৃলকপা নুংশাম্বর
অমম্বুং মঙালবু পামজবদা ঙাউজবিবী
মঙান্দা ঈরুজনিংবী নুমিৎলৈ অমদং॥"

# অনৌবা চয়োলদা হোংজনিঙদে ঐদি

কালগী য়াওন্দা, ইতিহাসকী লয়ায়দা,
অনৌবা চয়োল অমসু থুংলরে।
থৌনায়দবা মতমগী খোঙচৎতা
পুন্সিগী কুচু কয়া, তত্তুনা হোংলি যন্ত্রগুম।
লেপ্পা-নাইদবা পৃথিবীগী খোঙচত্তা,
পোত্থাবা থঙদনা মীকুপ খুদিংদা
হোংলি যন্ত্রগুম সমাজগী য়াওল
লোইননা হোংলি রাখলগী কুচুগু।

চয়োলগী অহাম্বা নুমিৎ অসিদা
গির্জ্জাদগী লাকপা কাংশি মখোলদা,
কবম্বা প্রেমগী লাইশোন ঈশৈনো
ঐগী মিৎলুদা ঈয়া চেলহনল্লিবসে ?
মিনুংশিগী লাববা মূর্ত্তী অমদং
ঐগী থম্মোয়গী অহাংবা আর্ত্তিযাদা,
পূর্ণিমাগী থাজগুম নোকমীবা মাইথোংদা
বোকিলগী খোঞ্জেলবু মায়থীবা পিতুনা হায়রম্মী,
"চয়োলগী অহাম্বা নুমিৎ অসিদা
হৌভ্রবা কনাগী নিঙশিং রাখলদা
পিরাং লাইজ শিন্থুরি হোংবা নাইদনা ?"

চেক্লা পোম্বীগী হুংশি ঈশৈদা,
চিক্‌লবা অয়ুকী লৈনম চেম্বা মুংশিংতা,
মালেম লৈমগী ইভলবা কুঞ্জদা,
চাম্রোল খুদিংগী তাঞ্জা অসিদা,
হোংজনিঙদে ঐত্তদি মচেৎ অমত্তম্ব
মিহুংশিগী মূর্ত্তী অমস্থুং কাংশি মখোলনা
লৈতেংশহু ঐগী হুংশিবা জগৎপু ॥

---

## শিজনিংদে তাইবংপান্দা

নিংথিবী মালেমদা শিজনিংদে ঐগাক্তি,
থম্মোযগী অতিয়াদা, নৈনা মবক্তা হিংজনিংই।
হিংজনিংই কোবৌ মঙান্দা, থাজগী ঈপোমদা।
শিজনিংদে ঐগী পিবাংনা চোংলবা মালেমদা।
নৈকংলা কয়া, চীংজাও কযা লাল্লগা,
সমক্রু কযা তুরেল কযা তুঙোযনবগা
মীওইবগী চাক্তাফম নৈপুং অসিদা।

ওঃ। প্রকনিং হুনফম শংবান্নববা নৈপুং,
ঐনা শেমজবা পিবাং-মীনোক্কী শঙ্গাযদা,
ঐনা পামজবা মীওই মবক্তা
ঐনা শেমজবা ফজবা মবক্তা,
মীওইবনা পামজবা খুদম মবক্তা,
বৌশনগী মমাগী মোমোন মীনোক্‌বক্তা,
পোম্বী চেক্লাশিংগী ঈশৈ মরক্তা
খুঙ্গংগী অঙাংশিংগী হবাওখোল্লাও মবক্তা,
কোবৌমশেক্কী চীংখোং পরে পরেংদা
কোবৌহম্বগী সনামচু মঙান্দা,
মোযাজ্জীনগী মুংশিখ্‌বা খোঙ্গেলদা,
কোকিলগী পঞ্চমসুর, বাহোংগী জগোযবক্তা,

অতিথিশিংগী সেবাদা,
অহল লমনগী থাগৎ বাহৈদা,
লৈরাং পবেংগী মডান্দা,
উন্নিলৈগী লৈনমদা,
ঐগী ভালোয নুংশিবীদা,
পুন্সিগী মীকুপ খুদিংদা,
মপুগী খৌঞ্জান মরিক খুদিংদা,
নুংশাশোর হোম্পোক হোঞ্জিনদা,
শিজনিংদে, শিজনিংদে, ঐতদি ভাইবংদা।
শাবুং শাবুংনরবা থম্মোয়নুংদা,
ফুগাযনা শাৎপা লৈরাং মরক্তা,
শিজনিংদে ঐদি। শিজনিংদে ঐদি।

---

# ঐগী হিজোম্বা

হিথাংফম অমদগী হিথাংফম অমদা,
ঐনা থিবম্মী ঐগী হিজোম্বা হন্নুববু।
তৌরেঙ্গুম্বমুং পুন্সি কোয়েৌনা মাতাবা মতমদা
পুন্সি সন্ধ্যাগী অময়-অঙাল মরক্তা
পুন্নিং পেন্না উনজগে ঐগে হিজোম্বগা।

পুন্সিগী অরোইবা খোঙথাংদা
ফংলগনি উনবা ঐগী হিজোম্বগা,
পুন্সিগী নোংচুপ তোর্ব্বান্দা
ভাবমদায হুমিৎকী মডান্দা
মাংশোক্লনা উননিংই ঐগী হন্নুবা হিজোম্বগা।

কপকনো! কপকনো! মরূপ-মপাংশিং!
হুংশিবা তাঙ্গানি, লানহনবিযু ঐবু, চিক্লা-লেমনা
মীনোক পিবাংগী অশংবা সমফুসে॥
অকিবা! অখডবা! নকপীগনু থম্মোযদা
থৌনাফবা সেনাপতিগুম অকিবা লৈতনা
উনজগে ঐগী-হন্নুরবা হিজোম্ববু।
কপকনো। কপকনো। চিক্লা খাউদোযজগে
অরোইবা খোংফমনি সংসাব ঈপাক্তা,
উনজগে ঐগী হন্নুরবা হিজোম্বগা,
পুন্সিগী কারবাব, মীনোক পিরাং বাংমদা
লৈচিল্লকী হিদাংফমদা, রাখলগী তোর্ব্বান্দা।

## যীশুগী ভক্ত অমগী মফমদা

ক্রোস মথক্কা পাংতিংহনা হাংখ্রবা যীশু,
নহক্না নজারাতশিংবু ডাকপিখিব্রা ?
অমম্বনা লাইচুরম্বশিংহগী মফমদা
নহাক্না পিয়াং চতুম অমতং শিন্থরম্বরা ?
নহাকপু হাংলগে হায়না চপয়ুঙলবা
মহৌশাগী রাযেল ইন্দবা কাঙবু অহুবু,
মীহুংশি পক্কবা হিংচাবা শিংহুদা,
নহাক্না কবম্বা খুদোল পিবম্মী ?

চহি-চা কযাগী মতুংদা নহাক্না ভক্তশিংনা
থম্মোযগী ক্রোসদা নহাকপু ক্রুশিফায-তৌবা উবগা
থায়নগী থৌদক অহুবু নিংশিংব্রা ?
মালেমগী পাপ-পুম্ববু লাকশিনবদা
অবা মৈচাক্না লাঙশিদখীবা মাযথোঙবু,
নিংশিংবদা নিংঙমদনা মিংতা ঈবা হৌব্রা ?
মবইযম ইমাগী পাবা নহাক্না
থজবু ডমজবা মাযথোংবু লৈথোকপ্রা ?

নহাক্কী মন্দির শাবা আমেরিকা বৃটেইনগী
ইনাকখুম্বা ভক্তগী ওং নৈম্বা উরগা,
ভিয়েতনাম, খা-আফ্রিকাদা, ঈ-চেম্বা উবগা,

জগৎ গুরু পোপকী উপ্রায় লৈরুদবা উরগা,
পোং চৈগী থৈদেল, হুও লৈঙোয়গী শহর
বস্তুগী মনম্চেৎবা সভ্যতা উরগা,
ঈশ্বরগী-মচা যীশু খৃষ্টনা থল্লক্খী
'ওম্থোকপনি ।   ঐনা মখোইগী দমক্তা ক্রশিফায ওইখীবা !'

ঐনা হেন্না ঙক্চবদি, অঙৌবা কিজোম্নী ।
মঙক্তা ক্রোশ্না লৈঙেভবনি ।
যীশুগী দমক্তা গীর্জা শাবা উরগা,
মহাক্লা হন্নাওরমগদ্রা থল্লুবদা
কিসিঙ্গারগী শান্তিগী থৌরাঙদা
রার্জনীতিগী মন্ম কোকথ বা ?

---

## ঐনা খোইদাজবা লমদম

পৃথিবী ইমাগী করম্বা লমদমদা,
কোরৌহম্বগী মঙানগী জগৎতা,
পুন্সিগী অহাম্বা মীৎকপ থোকৃখীবা
করম্বা চেক্লাগী থৌ-লৌ শৈশক্তা,
মপুগী করম্বা থৌজান মীকুপ্তা,
পলেম পম্বৌগী মাযথোং ঙানখীবা,
নিংশিংবা থোক্তরে মতাং অসিদা,
অহুবু কাউডমদরী ডসিস্থ ঐনা
পুন্সিদা অহাবদা কপখীবদো।

আতিযা পম্বৌনা ততনা নিংশিংলি,
পৃথিবী ইমাগী লৈমাযনা কাউদবি,
অহাম্বা পীবাংনা লৈতাখীবা লমদমবু
মালতী লৈকাদা, গুমাং মতোন্দা,
অয়ুকী তকবী লিক্লাগী লাইজনা
ততনা নিংশিংলি ঐগী অহাকা পিবাংবু।

ভারত ইমাগী লমদম কযাদা কোইজকই,
পোথাকই কাশ্মীরগী গোলাপ লৈকোন্দা,
পাজকই তাজমহলগী লুংগি কবিতা
উরম্মী অহিংগী বোম্বাইবু, সমক্রে তোর্ব্বান্দা।
অহুবু খোইরাং হম্বা নত্তনা, খোইদাফম ফংখীদে
পুক্নিং হুদফম লমদম শিংহুদা।

বাস্তীপার খুণ্ডগংগী, থাত্রাপুর লৈকায়না
পৃথিবীগী অথোইবী লমদম ওইরম্রে।
পোক্রফম খুণ্ডগংনি, পৃথিবীদা অথোইবীনি,
পুন্সি পোলোই ওইজগে, ইমা নঙগী তম্পাক্তা।

---

শকহেন্নীগী য়াহং অনিসুবা:

ঈচেল তপথ্‌রবা খোঙ্গাকী হিজদম্বা,
নিংথম থাঙ্গী য়াজবী তুরেলদা,
ঙাক্নু কাঙা অনিনী চিল্লোক্না য়েংলগা,
মিংশেল মাঙ্গী ইচেলগী লাইজদা,
বসন্ত কুম্নৌথোয শুববী মাইথোংদা য়েংত্রা ?
মহৌশাগী কুঞ্জদা লৈহিচুপ্পা পেন্দুনা,
ঙাম্নু কাঙা অনিগী অপেম্বা খোম্হোক্ তাম্নগা
নিঙম্‌দনা খনত্রা হৌখীবা বসন্ত কযাবু ?

তুরেল রাংমা লান্দুনা উরোক অনিনা পাইখিবা,
ঙৌশ্রোক ঙৌবা মশাগী ছন্দ শাখপ্‌ উরগা,
অপুম্বা খোঞ্জেলগী কুংশি ঈশৈ তারগা,
লৌনম হৈবা খোইমুগী নিংশিং মৈশা লাংবরা ?
অরাপ্পা চীং জাম্ভগী শংবাম্নবা উবগা,
অহাংবা অতিয়াগী থম্মোয চাউবা খল্লগা
বসন্ত অয়ুক্তা থেংনখিবা খোইমুবু নিংশিংত্রা ?
নঙংলাংদা কৎখিবা খোইমু মাগী পুন্সিদো পাম্মুত্রা ?

লৈবাং পুন্সি তেল্লকলে, কুংশিবান্নী থম্‌খে
মীকুপ অমদং হাঙত্রেবা পুন্সিগী লানক্ষমদা
চিকথ বা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা পিরাং লাইজ শিম্থহুনা কাম্নদে।
শকহেন্নী ইবেমা। চারা হেন্না নচাশিংবু কাউরত্রা ?
মহিদা ঙাউরবা জুয়াদা হৈনবা, মপুরোইবগী সেবাদা
মাযহিং কারবা মাইথোংহুবু যেংলগা,
নিংঙম্‌দনা পিরাং লাইজা শিম্থহুনা হংনিংত্রা,
পুন্সংগী অর্থাদকবি কৌবগে ?

# থাবল্লৈগী পীরাং অনিদং

থাবলগী ঈপোমদা চিক্রবা খুঙ্গঙনি,
শংবান্নরবা উমংগী, শিংগারৈ লৈনম্‌দা
থম্মোয় হুবা কনাগী মিরবা বাঁশীগী স্তবদা
থাম্মোয় ঈবাং হৌহল্লিবা শানৌ মাগী কুঞ্জদা ।
"পুন্সি লম্বী চৎমিন্নসি, থাবল্লৈ ।  থাবল্লৈ । '
থম্মোয শোকপা খোঞ্জেলনা শকলিবসে কনানো ?
থাবল্লৈ ফমুংদা খোইদবা ঙমখিদ্রে ।
পাম্বৌগী অকণ্বা ব্লারকস্থ কাউঙমদ্রি
ল্যাইববা বিমলগী ব্লাহৈস্থ কাউদ্রি
"থাবল্লৈ লৈতবা পুন্সিদি অবেশ্বনি ।"
"ঙো বিমলগী তাল্লায ওইবা মতিকচাদে,
"প্রিন্সিপাল মাযপাক্কী মচান্নুপী অহন্না"
পাবুঙগী ব্লাহি খরসে যাকা হাযবমবনি
খল্লুবদা তুচুংই মহাক্কী অশুকপা মাইথোংদা ।
"থাবল্লৈ, থাবল্লৈ, পুন্সি লম্বী চৎমিন্নসি,
অমুক হন্না থম্মোয শোক্লা শকলিবসে কনানো ?
পোনগী চেক্লা থাবল্লৈনা পাযনিং লম্মী ভক্তনা
ঙো বিমলগী নাক্তা প্রেমগী কুঞ্জদা
পাম্বৌগী অকণ্বা ব্লারকস্থ কাউবা ঙমখিদে
**'I will shoot you, dear, Don t meet Bimal**
প্রিন্সিপাল পাবুংগী বজ্র খোঞ্জেলনি ।
মিন্নুংশি পক্তবা ইজ্জতকী ব্লাফমনি ।

থাবৈল্লগী পুন্সিদা অক্দবা খোংফমনি।
বিমলগী অশেংবা থম্মোয়গী প্রেম
"লাইব্রবা ওঝাগী তাঙোই ওইবা মতিক চাদে
প্রিন্সিপাল মায়পাকী মচাগুপ্টি অহান্না।"
গত্তি লৈতবা প্রেমনী, চৈরাকম্ব কিদবনি।

* * *

বসন্ত মালংদা কুঞ্জগী অচিকপা কাযখে
কোকিলগী নিংথিবা সুবনা লৈতেংবা লৈকোন্দা
প্রিন্সিপাল মাযপাক্কী নোংমৈ গুলিগী মখোন্না
থাবৈল্লে বিমলা সংসার ৱাংমদা লানখে।
বিমলগী পীবাং চহুম অনিনা
থাবৈল্লেগী মায়খোংদা লৈতেংলী।
থাঙ্গগী মঙান্দা বসন্ত লৈকোন্দা
প্রিন্সিপাল মাযপাকপু করেম্নবি
শাবী শানৌ অনিগী প্রেমনা॥
সংসাবগী ৱাংমদা, ইজ্জতকী মপান্দা
কাযনা লৈশানা শোকঙমদবা স্বর্গদা
থাবৈল্লে বিমলনা অমৃতকী পেয়ালা পাইদুনা
নোকমি নোকমি য়েংলি ইজ্জতকী তাইবংদা।

* * *

ইজ্জত নঙগী নফমদা পিবাং তানিদং কচ্চবি,
পাবুং নঙগী মফমদা পুন্সি অনিদং কচ্চবা

পোকচমন্নী ব্রাংশয়া, শেঙ্গবয়া পাবুং ও ?
যাইবী থৱায় অনিগী ভক্তি খুদোল ব্রাংপবা
লমন খুমবা ঙমজদ্রে পিনিঙাইস্নু লৈজদবে ।
পীরাং অনিদং কচ্চাগ পন্থৌগী খুয়াদা ।
প্রেমগী ধর্ম্মনা যাইবী থৱায় পামজদে ।
পন্থৌ নওগী ইরং লংবা ইচ্ছতকী ব্রাহংদা
খুমফম লৈতনা বিমলগী মথাদা লোংপনি
নহাক্কী তমথিববা নোংমৈগী গুলিনা
গতি লৈতবা পেমিক অনিবু নিংতম্বা পিনবিরে ।
কবম্বা মমলনা শিংগনি তৌবিমল ?
পিরাং লাইজ অনিদং খুদোল ওইনা পিরমগে
সংসার মাগী ইচ্ছতকী মমল ওইনা থনমগে ॥

* * *

শকলো কোকিল ননি, তম্না বসন্ত লৈকোন্দা,
শাংলো লৈবাং যুগাবনা তাইবং কুপ্পদা,
শিংলো মালৈযা নুংশিং নামিবা
ভুমলো লৈনম, মীরবা লৈন্থংশিগী
থাবল্লে বিমলগী লৈপুন নুমিৎনি ।
পিবাংগী মিকুপ অমা, পুন্সিগী ব্রারী অমা,
নিংথিবী সংসারগী চংনবীগী ব্রাংনদা
প্রেমগী শিহৈদবা পুন্সি অমা হৌখ্রে ।
প্রিন্সিপাল মাযপাকা জ্ঞানতাবা কুইক্রি
ইচ্ছতগী নুংশিবনা অথোইবা ব্রাফমনি ।

# ঐগী চিঠি

বসন্তগী অনুক অমদা ঐনা লৈত্রবদা
কোকিলগী খোঞ্জেলনা নংবু খৌবাং হনগদ্রা ?
অবাঙ্গদা লৈবিবা শংবান্নারবা
ভূবন চৌংগী চৌংখোং পবেঙ উরগা,
নঙগী থাখলনা চৌংদোন লান্না ঐবু থিগদ্রা ?
মিপাযগদ্বী নঙাক্কী থাম্মোযদা,
কাযনা মৈশা লাঙগদ্রা নিংঙমদনা পোক্কদবা ?

*　　*　　*　　*

মালতী খোইনা নতৈ-মনাও নুংশিনবা উবগা
যুমশিংপা, থাই-তৈবা থমলগা
আনমিবাহদগী এলবাম লৌথোক্ক না
হৌখিবা বসন্তগী চিথোক্লবা যেংলগা পেনগদ্রা ?
নুং শি ঈখৌ লাংলিবী নোঙগৌবীহম নঙনা
পোষ্টম্যান্না লাকপা লম্বী যেংগদ্রা,
খঙহৌদনা পিবাঙ লৈজ শিন্থমিবা ?
ইকাযগম্বী নুজা অমগুম মীনা উখিনী থল্লগা
কোযেং যেংলগা পিবাং লাইজা-তৈথোক্কনিবা
খুদৈ মচিনগা থাজবু ওমজবী মাইথোংবু খুমলগা ?

*　　*　　*　　*

ঐনা পামজবা ঈশয়েংগী মেনক্সিপট্ বু অমসুং
পোথাক্ম ওইরিবী পোন্গী চেক্লা আনিদা য়েংলগা,
"মথৌ লৈতবা মীগী খলদা কেজবা
থৌনায়দবাগী শান-পোংলোয অনিসে
খিৎতা তোকপিরো, খোইদৌ শাউহনবিয়নো।"
নংগী মিমুংশি পক্তবা বাহৈশিংসে খললগা
নওগী নাইতোম লৈবী পুন্সিদা নিঙমদবা পোকপরা ?
ঐগী চিঠি অমদা ইথিবনি, নিঙশিংত্রা—
তাজমহল উরুরে মুংগী কবিতানি মুংশিবগী।
নংনা ঐগী মমতাজনি, ঐনা ইনিংথৌনি পৃথিবীদা।
কালগী ঈচেন্দা মুঙৌগী সমাধি মন্দির সে
মুর্ত্তনা, তওনা, পাউদমলি জগৎকী মীয়ামদা,
প্রেমনা অথোইবনি, মপুগী থুদোলনী,
কাযনা মৈশা লাংলবা জগৎকী থৈদেলদা

# পুন্সি নঙবু উজরে

হে পুন্সি । নংবু ঐনা উরম্মী,
কুমডা পান্থী অমগী কেন্নথরবা মনাশিংদা
শহরগী অমোংপা কোম অমগী নকয়াদা ।
শংবান্নববা উবি-হবায পান্থী অমগী নাক্তা
তপ্পা, চিক্লা, থবিং-থবিং ছিংবদগী শিবক্ফা উবা ।

* * *

জুমিং খুদিংগী উরম্মী লম্বী মযাদা
মথোন কারক্লিবী উবি পান্থী তুগী মনাক্তা
মতমচাদনা কেমখিবী কুমডা পান্থী তুগী
গতি নৈলতনা থবিং থবিং ছিংশম্বা ।
উরম্মী ঐনা তেক্লা ছিংবা অমস্তুং কংনা শিবগী
থম্মোয শোকা থেংনবা পুন্‌সিগী পীলা ।

* * *

হেপুনসি । নংনা কেমখিবা উরম্মী ঐনা
মতমচাদনা কেমখিবা কুমডা পান্থীদা
শহরগী মোংলবা কোম অতুগী মযাদা,
অকাযবা লিক্লি অমস্তুং অপুম্বা যেঙ্খাং মবক্তা ।
মিন্থুংসি পক্তবা শহরগী মুংজেংদা
ছিংবগী পান্থে থোমলাং ফংদনা
শিঙমদনা শিখিবা উবম্মী ঐনা নহাকপু ।

* * *

অহুবু অত্তকপ'নি পুন্‌সিগী মিহুংশি ।
মিনোক্কী মীকুপ অমা, পীরাংগী পুন্‌সি অমা,
খুজেং পালোইনবা মাপেমগী লৈকোন্দা,
তত্তনা শকলি পুন্‌সিগী ঈশৈ ।
মীকুপ অমা হাংদে পুন্‌সিগী লীলা,
শিবা-হিংবগী, পিবাং-মীনোকরক্তা ।

# শাহজাহান

নিংথৌরেলগী অথোইবা নিংথৌ।
মোগল শাগৈগী প্রেমগী মূর্ত্তী,
করম্না কাউগনি নহাক্কী মিন্নুংশি।
থাগৎ ব্রাহৈনা য়োঁঙমদ্রবা তাজমহল,
কালগী চুবাদা কংশিনখ্রবা পিরাংনি,
মুংঙাগী শৈবেংনি, প্রেমগী খুদমণি।
মমতাজ লেত্রে, শাহজাহানসু লৈত্রে,
লৈত্রে জগৎকী অঙম অথৌসিংসু।
কালগী খোংচৎতা মাংখ্রে মালংদা
নোংথিলগী মঙলানগুম মীৎকপ থোবকপদা

* * *

অদুবু কালগী নেংলৈ মুংশিৎরক্তা
যমুনা তোর্বান্দা, পূর্ণিমা অহিংদা,
প্রেমগী মন্দির মুংঙৌগী স্বর্গদি,
ঙসিসু ঙান থোযবী কবিমত্তা হোংদনা।
মিন্নুংশি পক্প্রবা পৃথিবী লৈমাযদ।
নহাক্কী প্রেমগী লাব্রবা খুদম্না
যমুনা ঈচেলদা শিন্থবি পিবাং।
ইথক্ পুদিংনা শন্দোক্লি নপাউ
শিবা হৈত্রবা ইনিংথৌ নহাক্কী প্রেম।

* * *

কাজলগী তমখিবা নোংলৈ তুংশিংরক্তা
যমুনা তোর্ব্বান্দা ফিরাল পাইহুনা
কাউত্রিনে চান্নবী, মমতাজ নহাকপু।
কালগী চাংয়েংদা, যমুনা তোর্ব্বান্দা
ইনিংথৌগী, পিরাং চহুম, তাজামহলদি
জগৎকী পোথকম, প্রেমগী লাইকমণি।

# ঐগী চাম্বাগী মকমদা শৈরেংশখর৷

( ১ )

ঐগী থম্মোয়গী তম্নিকপশিংবু
অমস্তুং নঙগী য়াম্থলগী লংলা শিংবু
মফম অমতদা পুনশিল্লগা
ঐঙোন্দা শোকপিযু মীকুপ অমদং
কদায়দা চৈনাখোল ফাউবা হেনগনি ?
মাংচৎকী অচিকপা অমস্তুং
হৌখ্রবা মতমগী মাংখ্রবু
মফম অমদা শাথেংনহনসি
অমস্তুং মীকুপ খুদিংবু বাবী শাহন্সি,
ঐখোয অনিনা খুজেং পান্নোইননা—
তাসি য়ারী চিল্লোক্লনা অচিকপদা।

( ২ )

নঙগী ঐগী হকচাং কযাৎসে
থমখিসিনে ঙাযহক্কুং নাইতোম, নাইতোম।
কাযনা মৈচাক্লা শেংহনসিনে
ঐখোইগী কামগী মনম চেম্বা লুংশিববু।
ওইজসনু অচিকপনা ঐখোযগী লোইনবী
কায়নবা, অচিকপা অমস্তুং মৈমান্না—
লৈতেংসনু ঐখোযগী থম্মোযসে।
মতুনা ওইসনু ঐখোযগী লুংশিবা॥

# কাউবা ঙমজদে ঐনা

ঐঙোন্দা কনাগুম্বনা হংলবদি কদাযদা লৈরম্মী ?
ঐনা খুমগনি ইরায় লাযনা-মতুদি হৌনশানি ।
ঐনা হাযগনি ম্নুংনা কুপশিনখ্রবা লৌবুক্কী ৱা,
লৈনা-লৈনা মশাবু মুৎথৎখ্রবা তুবেলগী ৱা ।
ঐনা থংজবদি উচেক শিংনা মাংহনখ্রবা পোৎতনি ।
কবিগিন্নু তোঙান তোঙাম্বা লমদমশিংশে ?
নোঙমনা নোঙমগী খোংগুন লীহুনা লাকপসে
অমম্নুং অমম্বা-অহিংনা-মাযথোঙ কুপশিনবসে কবিগিন্নু ?
কবিগিন্নু পৈশন্নিবা অশিবা মীওইগী হকচাংশিংবু ?

* * *

কদাযদগী লাক্পনো ? কনাগুম্বনা হংলবদি ?
মাং-তাখ্রবা-পোৎ চৈ শিংগী ৱা থাংগৎকনি ঐনা,
হু গুম্না শায শরু শাযঙশিংশে—
অযাম্বনা অঙম অথৌয শাঙক্তগিনি,
হাযগদবনি ঐগী থম্মোযগী অচাকপা ৱা ॥
অমনা-অমবু যান্না-থীন্নবগী-স্মৃতি নত্তে,
কউথোকখ্রবা লমদমদা তুমখ্নন হুনখ্রবা
উৎমচুগী খুন্নু মযামম্নু নত্তে মথোইদি ।
পিবাং লাইজনা চোৎলবা-মাইথোংশিং,
মঙক চেক্খংতুনা হাংখীবা মীযামশিং,
অকঙবা উনাশিংগা লোইননা প্রেক্ প্রেক্ কেনখিবা
ইচিন ইনাওশিং,

অমম্বা অহিংনা য়োংচিন্‌থীবা আশাশিং
ঐনা থাংগৎকনি থম্মোয়গী কায়রবা শকৃতমবু।

* * *

য়েংবিম্ল মমৈচোম্বা উচেকশিগি নিংথিবা
খামেন মচুগী পিরুবা লৈন্নুংশিগী ফজদবম্মু
ঐথোয়না পামজবদা খমথেংবা পোৎ-চৈ, শিংদা
কার্ডতা নম্বা ফজ ফজবা ঝুলপী থাকপা মুর্ত্তিশিং
ফজবা অমম্মুং মতম্না কোইরী মখোইগী মরক্তা।
তোয়গুম্বম্মুং থৌখ্রবা ময়াশিংগী
ইরংলবা তারগী শম্বলদি লানশিন লোইদবদি।
অচিকপদা তিল্লিবি ফাজবী শিংগী কযাংত্তদি
ঈতৈইরবা য়াখুলগী লৈয়ীদি যেকলোইদবনি।
মবমদি ঐনা থংদ কবি পাউথুম পিগনি।

## লৈঁবাক্কী স্বর্গদা

শেঙত-শেঙথ্রবা, ঙৌত-ঙৌখ্রবা
হুজ্জা অমগী নাক্তা হিপলম্মা ঙসি।
অংঙৌবা সমত্রু অমগা নক্নবা তোর্বান্দা
মৈরী চমলবী থৌরান মৈচাক্কী ময়ায়দা
তপখ্রবা মফমনি।

চিংনা য়েঙলিবী মহাক্কী শংবান্নরবা মীৎয়েঙদগী
মঙান খিকলম্মা অকংবা ঈশিং মরীকশুম,
তনৌ তনৌরবা, তক্ন-তক্নবা লূখ্রবা থরায়গী থুত্তদা।
অঙকপা কংনা সুঙায়থী বসন্তগী শাফুদা।

মহাক্কী থবাক অহুদি মৈরী অনিগী মৈচাক্নি,
ঙোংলবা মফম অনিহুদা চাক্লিবা অহুদি
মৈগীমৈরীগা চপ্ মান্নে।
অমৃতগী ঈচেল অনিহুদি পাক-চাউই, হুংশি হৈ।
লায়না ফংবা ঙম্মা খোঙদোম্মা।

ঈশিং অমস্তুং হুংশিংতা মচু শঙলম্মী
মহি মনাইনস্থু মযেক লাহল্লম্মী।
কোকতোন লোয়্রবা মঙালগী লৈয়ীনা মশা পুম্বা শিল্লম্মী।
মন্নাঙ কাযনা য়ানহল্লম্মী তুংবোইবা মহৈশিংবু
অমস্তুং জাহুগী মৈরাবু।

## নিঙদবা রাখলগা রাংমদা

যাহৌ থেঙবা চেক্লা অমগী নিংঙমদবা লৈকোন্দা
লাইশোন্ ঈশৈ লাইথ্রব মতমদা,
থম্মোয় শোকপা সুর অমগা লোইননা
ইমা নঙগী স্তুতি ঈশৈ শকপদি ভাববা ?
লৈনম চেনবা মালৈযানা নঙগী নাক্তা থুঙদবা ?
নিংঙদবা বাখল শিংনা খোইরাং হন্বা থঙদরা ?
ভোল্লবা নচাগী পিরাং ঈচেলবু উদবা ?
চংজফম লৈতবা ভক্ত মাগী পুবা ঙমদ্রবা থম্মোযবু
নহাক্কী থুযা থগালদ' পেথাযম পিবিবো ।
খোইরু মোমোন নোক্কুনা কৌশিনবিরো নচাবু
মতিকচাদে থল্লস্ত পারী নঙগী থন্দুনা
পিক্লবস্থু লৌবিয়ু ভক্তি কচ্চবা মহাক্কী ।
যাথৌ থেঙবা মরালনি, ঙাকপিয়ু ইমা নহাক্কা ।
তরাম তরাম ত্তৌবিযু নিংঙমদবা নচানি ।
চাউবদগী ইবোমচা, মীনকেতন কমলনা নাংগী পরী অহালনী ।
বিনোদিনী নমোম্মা নঙগী বাবী থিবদা
ভারত ইমাগী চন্নুশিংনা মনাচুংনা তাবিরি ।
সাহিত্য লৈকোন্দা ইমা নঙবু সোম্নবী ।
যাহৌ-থেঙবা নপাবিস্থ নংগী থৌগন তৌজগে
ইমা নঙগী মিংচৎপু জগৎ থুঙনা শিনজগে ।

---

# ওইজনিংদে ইমা ঐদি লাইরবা কবি

ইমা ঐদি ওইজনিঙদে লাইরবা কবি,
পিরাংতনা লেংজনিংদে পুন্সিগী ঈশৈ।
তেংথা নাওইবনা শৈরেংগী কযাৎ শেমজনিঙদে।
থাগৎ রাহৈগী চিলহৈবস্তু ওইজনিঙদে।
ওইজনিঙদে সভাকবি অওবগী॥

কাব্যগী লৈতেকোন্দা, মিংচৎ পাম্বস্তু ওইজনিংদে,
অযেকপা লৈকোনগী কেগম্বা ভাবোকস্তু ওইজনিঙদে।
এযারকনডিশনড্ কান্দা ইংলিশ মিউজিকী মরক্তা
কামরসগী কাব্য পানিঙদে, পানিঙদে ঐনা।
তুক্কচৈ, তুক্কচৈ, চাঃ তুক্কচৈ ঐনদি॥

ইমা ঐদি লাইরবা কবি ওইজনিঙদে,
ওইজনিঙদে মপোক্‌সিগী ইনাক খুম্বস্তু।
ওকতবী থনোইবা গাল ফেগুগী
থারি-থারিনবা মথাদস্তু ডাউজনিংদে।
ইমা ঐনা পামজবদি অচুম্বতনি।
লম্বীচৎপা মীগুম পোথাবা লৈতনা
সংসাবগী ঈপাক্তা কাইজগে,
পুক্রিং পেম্না য়েংজগে ইবংলংবা সভ্যতাবু।

লম্বী চংপা মীওম মীত্তা মঙলান হাপতুনা
মীকুপ অমতং পোখাজনিংদে ঐদি।
চোকথরবা থোঙদোয় হন্দুনা
ঐগী থম্মোয়গী পোথকম ভানজগে
ইমা, ইমা, ঐদি লাইরবা কবি ওইজনিঙদে।

---

# ঐগী মরূপ অশেংবা

অহাংবা অাত্তিয়াগী শংবান্নবদা
নত্তরেগা অরাপ্পা চীংশাংগী লৈচিল্লক্কা
কনানো কৌব্বিবসে ঐহাকপু তত্তনা
ঐগী মরূপ, মিনুংশিগী মূর্ত্তী ইবুঙোদুরা ?
নত্রেগা ঐগী রাখলগী মঙলানরা ?

পুম্সিগী অহাংবা মতম খিবিক্তা
তুম খুন হুনখ্রবা অহিংগী সমজ্রদা,
বসন্তগী লৈরাং লৈনম মরক্তা,
কোকিলগী মিরবা স্বরগী স্বর্গদা
ঐবু তত্তনা কনানো কৌব্বিবসে ?

চদংনবা মীওইবগী পিরাং লাইজদা
মতুপোম্বা শাগৈগী গতি লৈতবদা
মপুরোইবা নোঙাগ্রীবীনুজাগী থম্মোয়দা
লাযেংশংগী চোকথরবা খোঞ্জেলদা
ঐবু তত্তনা কনানো কৌব্বিবসে ?
তাকপিরো ঐগী মরূপ অশেংবা,
মংফমগী অচিকপদা, শ্মশানগী নাক্তা,
পুন্সিনা নঙোন্দা করি পাউতাক পিরম্মী ?
মীওই পুন্সিগী অর্থ করিবু লৈবনো
পোকপা-শিবা নত্তনা করি লৈবগে কাযদনা !

হে মরূপ অশেংবা। কোং-কোংনা থোরক্লো !
নঙগী শক্তম উৎপিরো ঐভোন্দা তশেংনা
কোকিলগী খোঞ্জেলদা তুরেলগী ঈরাওখোলদা
সুমিৎকী মভান্দা, চিংজাউগী নাপদা,
খিজুং উবনা পেনঙমত্রে থম্মোয়সে।

---

# মণ্ডালগী খৈদেল

লাকলো মরুপশিং। য়েংলুসি চসিদি
নোংপোক মাইগৈগী মণ্ডালগী খৈদেল।
কোরৌ মণ্ডান্দা ইকজররবা মালেমনি,
স্না-মচুনা ভাম্বোক্লবা মায়থোংনি,
য়েংবিয়ো মরূপশিং মণ্ডালগী খৈদেলসে।

চীংনা কোইশিন্না, পাৎনা লৈতেংবা,
মালেমগী অথোইবা মণ্ডালগী খৈদেলবু
মনৈবাক নিংবা সিপাই মযামগুম্না
মাইগৈ মাখিদা ঈচং থৌনা শংলি
চুমথ্রিং চুম্বা কাবুলিয়া মযাম্না।

ফনেক খুদৈনা লৈতেংবী ইচলশা
নচা নম্বোগা কালেনগী নুংথিলদা,
মণ্ডালগী খৈদেলদা, করম্বা ললোন পোৎ পুবনো ?
সংসারগী লানফমদা, বব্রুবাহনগী মাযভাকপী
বীরাঙ্গনা নথোইবু থুকমজরি নোল্লক্লা ববিনা।

মৈতৈ ইমাগী পারী কতলশা।
কিজোন লুরব চরুগী মুর্তিশা,
পোৎজেন্বী ইমাগী ইজ্জত ভাকপিশি
পায়থৎসি অভম্বা থৌদাং থুদিংমক্
মণ্ডালগি খৈদেলদা কারুসি।

হোন্‌মিন্নাসি সংসারগী পোৎলুম
চৎমিন্নব্দি 'মভালগি খৈদেলদা
ধুতী কুপ্পা পাইদুনা ইমাগী মতুংদা
শেন নিবা ওইবদা ইকায়নসি
সুপাগি খৈদেলনি, ইমাবু মুক্তি পিনশি।

---

# ইমা

জগৎকী শান্তি, মিনুংশিগী শক্তম,
ইমা নঙ্‌বু করি লায়না কৌসিগে ?
নচাগী 'অমাবদা পিরাং লাইজা শিন্থরিবী,
থোইরু মপোন নোক্রিবী নচাগী হয়াউবদা,
নহাক্কী সেবাদা কাথোকচগে পুন্সিসে,
করম্না মতঙমা পেম্সহন্‌সিবা নহাকপু ?

নিঙথুংদবা নচাগী পিরাং লাইজা উরগা,
চদংনবা নচাগী মাইথোং মক্‌পা উরগা,—
হৈশিংলবা কাংবুনা তুংওইনবা উরগা,
মর্তুপোম্না নচাশিংগী গতি লৈতনা থল্লগা,
চাঙয়েং লান্দা মাযথীরবা নচাশিংগী রাখলদা,
মচেৎ মচেৎ কাযরবোই নহাক্কী থম্মোয়দি ।

রারগনু পলেম ইমুংঙাল্লে য়াওল্লো,
য়াহৌ থেংবা নচা শিংস্থু যাকায়রে ,
মমিৎ মনা শিংবা কযা থোরকলে ,
কোম্নুং যৌনা নঙগী নপাউ থুংখে,
অঙম অথৌ কযানস্থু চানবিরে,
অহৈ অশিং কাংবুমস্থু শিংথানরে ।

ইবুঙ্গো মহাক্লশ্নু থেজান মিৎয়েং তাবিরে,
ইমা নঙগী খোইরু মোমোন মায়খোংদা,
হরাউ তয়াম, সুমিৎ থাজ মঙান্দা
মতুপোম্ব' নচাশিংনো য়েংলগা,—
যুগ কয়াগী নিংবা কায়রবা কাউহুনা,
খুকমজরি—খুয়াখাদা নোল্লুক্না।

---

# তৌবিমল নিংশিংজবা ।

পুন্সিগী য়াকৃখ্রবা নোংখিল অমদা,
মীকুপ অমদং হাংদ্রবা সংসারগী লানফামদা
খঙহৌদনা য়েংলম্মী দালানগী মিঙ্গুৎথোংদা,
চিমহৌদনা কেমথ্বীবা খুঙ্গঙগী লৈমুংশিদা
লম্বী চৎনা চৎনা, লেপ্পি লেপ্পিনা ।

ফিঙবগী পান্বে থীবদা শহরদগী লাপনা
খুঙ্গং অমগী স্কুলদা ওঝা ওইরম্মী ।
ইউনিভার্সিটিদগী থোক্লকপদা ভাযরী
এম-এ-গী ডিগ্রী নম্ভো পোত্নুনা
খুঙ্গং অমদা ফিঙবগী উপায় গিরম্মী ।
দালান ময়ুমগী অহল অদুনা,
মচা ইবুঙো চাউবগী গভর্ণর ওইবা পামলমই ।

খুঙ্গঙগী পোংনফম দালান দুগী কা অমদা
শেন পাযবা অহল অদুগী পৌজান্দগী
মচা ইবুঙো চাউবগী গভর্ণরগী থৌ পাযরম্মী ।
মাপা ফবা অঙাংনি, ঐগী ছাত্রনি ॥
তাম্বীবনা খিত্তং, হৈবনা হেঞ্জিলম্মী
অদুবু শেনগী মৈশা লাংবসু উরম্মী ।
স্কুটার অমগী মপু ওইবা অঙাংনি
অঙকপনি । মেকানিজমসু য়াংনা হৈরম্মী ।
কলাগী এম, এ অ,মমা ভকনা যেংলম্মী ।

স্কুলগী মাপল শুবা ক্লাশগী অহাংদি
লোইননা লৈবদা কিনিঙাইদি নত্রবস্তু
শোইদনা দায়ীত্বগী মশিং হেল্লমী।
শেন পাম্বা পাবুংনা স্কুটারগী মপু মচাইবুঙোবু
মেইনটেনেন্স পিবা ঙমদবগী মহৈদি
মীকুপ খুদিঙগী থ্রাটারলু অমা খোক্হল্লি
গভর্ণরগী ফম পামনিংদবা পোকহল্লি
করম্বা পাপকী দণ্ডী নংবনো খলহল্লি।

অঙকপনি মীওইবগী মিনুংশি।
খঙহৌদনা থম্মোয় মানা নিংলম্মী
খুঙ্গঙ নিঙোন উরিলৈগী অরাবা।
চিল-হৌদনা কেমথ্রবোয় খল্লুবদা
পিরাং লাইজ শিন্থরম্বী মচাক্কী
তারমদাযগী থাজ মাঙ্গী মাইথোংদা
মিনুংশিগী করম্বা শক্তম উবনো
খঙহৌদনা শিন্থরম্মী পিরাং লাইজ অনিদং।
ওঃ! নুংশিবা হাযবদো অসিরা?

ইবুঙো! নংনা লৈবসে অফবনি,
অত্থবু নাকোংশারে ঐখোযদি
লৈকায় থোকপা ঙমদরে, হিদেন কুম্বা হঙোয়রে
উরি লৈবু পামলবদি, তালোয় ওইগে নিঙলবদি
মীকুপ অমা থিন্থদনা খোঙদোয়বিরো ইবুঙো।
ওঙ্গোকপনি নুংশিবা! ফোংঙমদনা লৈহৌরে!
সম জগী হৌনবিস্থ শেনগী মৈশাস্থ।
অচুম্বা চাংবী অহল অত্থবু খুকমজবি ভসিস্থ
মহাক্কী য়াথং ইন্দুমা পুন্সি ফাগী য়ারম্মী।

হে !  পুন্সিমচুম্মী কাবীসু অজাবকপনি ।
চয়োল কয়াগী মতুংদা অমুক হন্না ঐহাকপু
উরিলৈগী কুঞ্জদা লমজিংবিরি নহাক্না ।
পুন্সিগী অমোৌবা খোংকমদা উম্বিলৈসু লৈরমদ্রে
মিন্নুংশিগী ফাগী থৈহা অহলভুন্সু লৈরমদ্রে ।
লৈরমদ্রে বাটারলুগী হিরেং চাউবসু ।
থুঙংগী অভাং ময়াম্না বা-বা লাউবা তোক্কুনা
ইন্সপেক্টর লাক্লে হায়না স্কুলশংদা চেনাশিন্খে,

---

# বিহগী নোংখিন অমা ।

ইউনিভারসিটিদগী লাপ্পবা খুঙ্গঙনি
হেখাউ লৌমীগী ফৌশংথঙ্গা মতমনি ।
শান ইরোইগী নিংতম্না চাদ ঋতুনি ।
চিংযা পাংনা অঙাং শঙ্গু অমনা
অপুম্বা খোঙ্জেলদা ইশৈ শকলি ।
লৌবুক লমহাং অমগী চিদাযদা,
রেডিও ট্রেন্সমিটিং সেণ্টরগী নাকন্দা,
পাইন মাঙ্গা চুমদ্রিং চুম্বা উপাল অমগী মথাদা
তারমদাযগী কোরোউনবগী মশেক্তা,
মঙলান গুম্না নিংথিজবা মফমদা
হেখাউ শঙ্গংগী পুকনিংচনবা দৃশ্যানুযেংলম্মী,
আনিংযা অমম্ভং পৃথিবীগী পুনশিন্নবা মফমদা ।
ওঃ । করাদা নিংথিজরবনো মালেমশে
অঙাং শিং দা খঙকৌদনা ইনক্তা লৈরম্মী ।
নুমিৎকী মঙান্দা দেবদূত মাল্লবা
স্কুলগী পিল্লিবা অঙাংশিংচুনা হাযরম্মী,
"বাবু । বিহগী ঈশৈ তানিংব্রা ?"
নোকমীবা মাইথোংগা খুবাব খুবা হৌখে
লোইমনা শবলম্মী অপুম্বা খোঙ্জেলনা
"বিহুলাক্লে । বিহুলাক্লে জগোয শাসি পুম্না,
মবপ মপাঙ হাম্বাউসি , পুন্সি মহৈ যালহান্সি ।"
মন্ত্রণা শুমহৎলবা ঐহাক্কী খুত্তা শোকতুনা
অঙাং অমনা হংলম্মী "বাবু । নুঙাইব্রা ?"

ভারত ইমাগী পুক্নিং চুনফম আসামনি
প্রকৃতিনা ফজবগী পাংথৈ লৈতবা লমদমনি।
ইমা নঙগী নচা শিংগী বিন্থু ঈশৈ ছন্দদা
পুকচেল শেংবা পোমী শিংগী পুন্সিদা,
ভোগালী বিহু হন্না হন্না লাকশনু
ইচিন ইনাউ অরান খুবম কংশনু।

---

# উহি চাউবা

উহি চাউবা। উহি চাউবা।
নাপু মচুগী চেক্লা নিংথিবা
করম্বা নয়ালগী দগিদুনো ?
গুলেল পাইবা অঙাং অমনা
লেক্থরবা নশা পায়তুনা
লালদা মায়পাকলবা জেনারেলগুম
পোক্ত্তনা, ভয়া লাক্লি নসে॥
ও মোকপানি। উহি-চাউবা।
নাপু মচুগী চেক্লা নিংথিবা।

অঙাং শিংগী খুৎচুম্বা চাংযেঙদা
যাইবী থরায় কৎথোকখ্রবোয নঙাক্লা।
তাইবং রাংমা লানথোকখ্রবোয় শকনেম্বী।
উইশিনখ্রবা মিৎলুদা কংশিনখ্রবা পিয়াংসে।
কাযনা মৈশা লাংলিবি উহি চাউবীগী দমক্তয়া ?
হৌজিক্ত লাংশিনখিব্রা নঙগী পীয়াং লাইজনা
সুংশি হৈত্রবা মীওইববু করেম্নবয়া ?

উহি মচুগী শাবুংনরবা নংগী নশাদা
পোম্বী মাগী সুংশি মৈশা লাংলিদো।
খঙহৌদনা বিধি মাগী থোরাংদা,
গুলেল পাইবা মুনু অঙাং অমগী
খুৎচুম্বা চাংয়েঙদা ফাগী-ওইনা থোক্খে্র,
উহি-চাউবীগী পীয়াংনা গতি লৈতনা শিন্থুরি।

উহি চাউবা ! উহি চাউবা ।
নাপু মচুগী চেক্লা নিংখিবা,
করম্বা নম্নালগী দণ্ড্রবো ?
অঙাং অমগী কাগিদা
পুন্সি পলোই ওইখীবা, উহি চাউবা !
তাইবং শেম্বা ইবুঙোদা হঙনিংঙ্গা
করম্বা নম্নালগী দণ্ড্রবো ?

---

# নিংতম্বা লৈকোনগী চেক্লাশিং

মালেম কোয়না অনৌবা ঈচেলগী ইরাওথোম্না নিল্লকলে,
লোমী মজদূর মীনাই থায়দনা ,
মীয়ামগী খোঞ্জেল্দা সাম্যগী মন্ত্রনা ,
বেদগী মন্ত্রগুম যাকায়রী নহাক্কী থোঙ্গান্দা—।
পোন্বী চেক্লানা য়াকাইরোল শক্লকলে মপুগী উমংদা,—
নিংতম্বী ইম গী মথাদ' কোন্দুনা-তুমখুন হুল্লিবা
ভারত মচাশিং নোংঙাল্লে যাকায়রো ।

গান্ধীগী অহিংসা , নেহেরুগী থৌরাং,
লালবাহাদুরগী নীতি, আজাদকী শিক্ষা
ইন্দিরাগী থৌনা, খোরানাগী নোবেল প্রাইজ,
ভবাগী রকেট, সমাজতন্ত্রগী মীহুম্না,
ভারত ইমাবু জগৎকী মীৎয়েংদা রাংহল্লি ঙসিদি

ইমাগী অনৌবা শক্তমসি শহীদ কয়গী খুদোলনি
কাউনমুশি ঐখোযগী তৌবিমল উৎপদা ।
জগৎকীদি শোন্নক্নম, মালেমগীদি অথোইবী,
ভারত ইমাগী নিংথিবী লৈকোনবু,
য়েক্লবা কয়ানা তেমশিংলি ঙসিদি ।

অমত্তা ওইবনা ঐথোয়গী পাঙ্গলনি
মান্নবা খনবনা মুংশিগী পুগৈনি
অমৃতগী লাইজ খিকৃতুনা হিংহনসি
ঐথোয়গী শক্তিগী নিংথিবী লৈকোনবু ॥

হোগৎলো অনৌবা ভারনমচাশিং,
পায়খৎলো নহাক্লা ঙমজবা থৌদাং
ভারতকী ফীরান রাংনা পায়হান্সি,
জগৎকী মমুংদা অথোইবী ওইহনসি।

# সভ্যতাগী য়েক্লবশিংগী মফমদা

শিক্ষাগী মঙ্গাল ফংলে হায়না
কজবা ফিজোম্না লৈতেংলগা,
গপ্, গপ্, খোঙথাংনা নিল্লগা,
মহৈ য়ানদবা উপালগুম
মশামহেং ফন্দুনা মালেমথক্তা চোংলিবা,
কাওরত্রনে হৈশিংবা, চাওথংপগী ফিমাল পায়বা,
সভ্যতাগী অথাদি ইরংলংবা লিক্লি নওে ॥

ঐতগী ওইজবা, অতোপ্পগী অমাংবা,
ঐনা অথোইবা, মীনা মীথাপোম্বা,—
তমথি বা বাখলগী পুগৈ নহাকপু
করম্বা কাংবুগী লুচিংবা ওইবনো ?
সভ্যতাগী যেক্লবা তমথিবা হিংচাবা—
থুকমজবি নহাকপু অশোম্বা কাংবুনা।
ভাকপিযু ইবুঙো, নোংশা অথোইবা,
বনগী নিংথৌরেন, শক্তিগী শক্তম।
পীক্লবম্ব উচিনা নথবায় কম্বিবা য়ায।

অশোম্বা লাইরবা অশিংবা-মতুপোম্বা
অয়াম্বা খিবিকী নিংথিবী ম'লেম্বু
লু-হম্বা সুভায়,-য়াইকহম্বা
মীনোক পীবাংগী নিংথিবী চুমশেম্বা—

মীশুংশি লাইশুংশি মগুম্বা মোমুকপা
মীওইবগী মপোক্কা লাইগী শাইওম্বা
থুরুমজরি নহাকপু। লুচিংবিয়ু অশোম্ববু
লমজিংবিয়ু তুংতাহৌবা অশোম্বা কাংবুবু,
ইমা। নঙগী সেবাদা তুংহনজবোই মখোয়না,
পাম্রীনমোম কয়ানা থোগন তোগে লাংজরি
মহৌশাগী রায়েন্দা দণ্ডিবু ফংবা হিংচাবা,
সভ্যতাগী য়েক্লবা নঙগী নাটক লৌইরনি
প্রহসনগী মতোঙ্গুম মিনোকরক্কা মাংলনি।

---

# শায়রী রৌশনগী অভিষেক

পলেম পম্বোগী পুন্সি উমংদা,
পূর্ণিমা থাজানা লেকমিবা মায়থোংগা,
শংবান্নবা উনারক্তা মু-না যেন্নঞুম
ইবুঙো রৌশন্না পম্বো শঙ্কাযদা
ফরিস্তা অঙাংঙুম খোংদোয়-রন্পদি
পম্বো পুন্সিদা বসন্ত নিংথিবী লাকপনি।

পোন্ধী চেক্লা নুংশি শুঙোনশা,
ঐক্লাং লৈরাং থরো থম্বালশা,
নুমিৎ থাজ, নরান মৈচাকশা,
ইচেল তুরেল মতৌশা চন্নশা,
হরাওরো, নুঙাযরো, ইচিন ইনাওশা।
অরা নুঙায় মীওই পুন্সিগী অথোইবা নুমিৎনি ঙসিদি

পালেম পম্বোগী মিস্নাগী রৌশন।
পম্মোয অঁানগী অপুন্না মীহুন,
নহাকপু থাজগা চংদম্নদা রাংপরা ?
নুমিৎকী মঙালনা মালেমগী থম্বাযনি,
ইবুঙো নহাক্কি পুন্সিগী মঙলমী
পালেম পাম্বোগী পম্বাযগী পরযনি।

পলেম পম্বোগী পুন্সিগী থাউমৈ।
পুন্সি ঐপালগী অমুত কৈরাংথোই,
মিনোক পীরাংগী পুন্সি লৈকোন্দা,
পলেম পম্বোগী নুংশি উনারক্তা,
যুগাযনা শাৎলুম ইবুঙো রৌশন,
অপেন্না ওইজগে মীওই পুন্সিদা।

## মেম্মগা মমাগা

পলেম তম্পাক্তা তুমিন্না কমলগা
নোক্‌মিবা মাইথোংদা চিংনা য়েংলগা
মেম্ম লৈরাংনা হংলম্মী মমাদা
"পলেম তম্পাক্তা লাকত্রিদ্রেদো
কদায়দা লৈরম্মী ঐদি ইমা ?"
মেম্মগী মাহং তাম্নগা মমানা
মথদা চেৎনা কোনশিন্দুনা
মিৎস্না চিংনা লৈরাংদা য়েংলগা,
নে ক্কুনা থুমলম্মী, "স্বর্গদা মেম্মা,
মপুগী লৈকোন্দা, দেবদূত মরক্তা।"
'দেবদূত কনানো, স্বর্গনা কদায়দা' !
মেম্মনা নোক্কুনা হংলম্মী মমাদা !
মমানা মেম্মবু চুপলগা হায়রম্মী,
"থম্মোয়না স্বর্গনি, নংগী লৈকোন্নি,
সুংশিবনা দেবদূতনি নঙগী দূতিনি
প্রেমগী লম্বেন্দা, সুংশি দোলাইদা,
তাইবং লৈকোন্দা, নমাগী তম্পাক্তা,
মপুগী থুদোল অথোইবা পুক্লনা
মীওইবগী শক্তমদা লাক্লবোয় মেম্মা।"
পক্কেমগী মথাদা মায়থে ওবু লোৎতুনা
মেম্মনা থিদম্মী স্বর্গগী লৈকোন।
মমাগী মথাদা মেম্মাবু উবগা
কবিনা থম্নম্মি "স্বর্গদি অসিনি।"
অমৃতকী ঈচেল অনিগী মরক্তা
শান্তিগী স্বর্গ থম্মোয় ঈপাক্তা,
লীৎকম হোংদনা কবিনা য়েংলম্মী।

মাংদা লৈরিবা থর্মিবা য়েংলেমা
কবিনা হায়রম্মী পিরাংগা লোয়ননা,
“মেম্মদি মংখে, স্বর্গগী নমজম।
লৌশিংগী লৈচিল্লক্কা ঐখোয়দি লৈখৌবে
নম্মুক্রবা নমীচংপগী মতোংগুম।”

---

# ইনক্লাব ! জিন্দাবাদ

অরাম থৌরাংশিনা চংশিনবরা
হুইনাও খরগী থোক্লেনা
পুংভগী চিকুপ্ বা অঁত্তিয়াদা
ইনক্লাবগী ঈর্থব্ থৌহল্লী।

ইনক্লাব জিন্দাবাদ।
এখে য়গী দাবী য়াগদবনি।
গণতন্ত্র জিন্দাবাদ।
মীয়ামগী সরকার কুইনা লিঙেয়ু
ঐখোবগী দাবী যাগদবনি।

উপ্লা মমংবা লম্বীদা
নিঙ্খ্লগা লেনা থোক্লা
চোকথরবা খে ঙাংদা যনা
মীংশা মৈরী চৌরিবা
কাংলুপ অসিগী দাবী করিনো?

ইনিঙথৌনা গোমোন নোক্লা
মচাক্না তালোযদা কাবরম্মী
শাংগদা। মখোইশি লৈনবদি
নিংখবগী পুন্সি থৈল্লমগনি
চরিত্রশা জিন্দাবাদ।
ইনক্লাব জিন্দাবাদ।

কালগী উমংগা,-ইতিহাসকা মা নোকখীবা
ঐ নত্তনা কনাগু উহৌরে।
জ্ঞান ভাবা নিংথৌগী
মমায় লাংশিন্‌খীবা
ইতিহাস মখনা কনাগু শক্তহোদে।

---

## পর্টিশিয়ান।

মপুরোইবদা পেন্দ্রবী করামচাউবী নূপীনা,
নোঙ-পেল্লবা মথাদ ঈপক হৌবা মীয়োক্না,
খোঙইরাংহন্বা খোঙ্জেল্লা করেমরাইদ্রে ভাংবগুম,—
"তামো। ঐখোয়গীদি কনাসু লৈজদে "
করামচাউবা নঙাক্কী, অমৃত-চেম্বা লেকচরদা
কমহৎলব প্রজানা নঙবু মীহুৎ থম্বনি।
গণতন্ত্রগী দেবশিংনা মেনোকাদা ভাউবগুম
অচুম-অরান খ্বাযদনা নঙবু লিডার শেম্বনি।
কাউংগ্রেসনে লুচিংবা, নমথাক তৈবা অফাউবা,
নিংথম অমনা নিংথম্বা কৈদৌঙৈসু লোইদেদো।

অথুম-অঙাউ লাংলগা ইংলণ্ডবা টেবিলদা,
গোকুলগী কাউন্সেলশিংবু পেল্লা থোগণ তোঙহৌ।
ইন্দ্রগী অরাম খোরাং চিথহোবা হৌনদে।
নমথাক্কী স্বর্গদা, সাকীশিংগী মীনোকরক্লা
মোনালিশানা হঙোয়রবা মান্টিডোলার মীনোক্লো,
করম ঙাযনা তনশিংগে কুনশুবা শতাব্দিদা।
থং কুম শুবী হুইবিগী ঈশিংথ্বাযফম লম্বীগুম
নোই নোই লাউবী নচিন্নানগী মীনোক্কুবো ফঙ্জেদা।

করাম চাউবা নূপীনা পাদোংবদা পেল্লগুম
প্রজাশিংবু নৈবদা, নমথাক কয়া শিল্লদা
মুঙযমনদুনা চোকথরবা নঙগী হকচাং কযাৎপু
শ্মশান-ঘাটকী চিতামা হরাউ-তয়াম ভাযজরি
মহৌশাগী রায়েন্দা উৎ ওইনা মাঙলনি।

# ভংলগন্নু খোইমু

হিংজনিঙই ঐদি ত'ইবং লৈকোন্দা,
শাচ্চনিংই ঈয়'য়দা তাইবং ঈপাক্তা,
ফুগাইনা শাৎলিবী থাম্বাল শুমনা।
কিজৈনে ঐদি অমম্বা পৃথিবী
হিঙচাবা কাংবুনা নৈবিনি খলবদা
উনারক্তা শ চর্হি পে'মশ ৎনবী লৈর'ংগুম।

মুং'শ মৈশা কিজৈনে, হৌৎখঙদবি ঐদি,
খে'ইমু নঙবু বিজৈনে ভ'লগন্নু তনিক্লে।
ভংলগন্নু তনিকলে, শোনজরিবী লৈরাংনি ঐদি।
কার্লেন মুংশা অযাকপদা
কামগী মৈরী চমলগন্নু, ভংলগন্নু খোইমু
থাংমুথক্কী লৈর ংগুম কেমজনিংদে ঐদি অৱেম্বদা।
করৌ মঙাল লাংজগে, লিক্লা প রঙ শিজগে
মালৈয়া মুংশিৎকা শাজগে জাগাই,
ফুগায়না শাচ্চগে তাইবং ঈয়ায়দা
হিংজনিংই ঐদি সংসার লৈকোন্দা।

মিনোক চ'বা কিজৈনে, তম্না কেম্বা পামজদে
ভ'লগন্নু খে ইমু, কাযনা মৈশা পিরাগন্নু,
থাংমুথক্তা কেমজবা কিজৈনে, ভংলন্নু।
ফুগ'য়না শাচ্চগে মীতাবিন্নু।
শকহেম্বা নঙনা তেমশিংবিন্নু
শোনজরিবী লৈরাংনি ভাকপিয়ু খোইমু।

য়াকায়বগী ভাংলৌদা, মুক্তা প্যাহেং শিয়গা
চুমথাং মি:নাক নোক্তুনা হিংজগে,
চিয়োনহৈবা খোইমু, লৌনম লাংবু থাক্লগনু।
কেমগদবা কিজৈনে, নংগী নুংশি মৈশাদা,
হিংজনিংই ঐদি, তাইবং লৈকোন্দা,
শাচ্চনিংই ঈয়ায়দা, তাইবং ঈপাক্কা।
ফুগায়না শাংলিনৌ থম্ব ল শুন্না
কিনা - থঙনা - ঈয়ায়দা - ঈয়ায়দা - ঈয়ায়দা।

---

# ররাক চুরেন তোরবা।

ইবেয়া। নহাক্কী চৌরককম কদায়দনো?
পম্ভ ছকয়া কদায়দা ওইবনো হংজোরয়।
নহাকী ঈচেল উরগা খঙনিংই,
ভকিং ভকিং থেক্লা-খোইনা চেনবদি
কনাগী খোক্লু মনো, ভত্তনা?
ইচল্ নঙগী ভপখ্রা থম্মোয়দা
মুংশি মৈচাক খাংভমদনা চাক পরা?
চিকথ্ৰশা অহিংদা, নঙগী ভেংথা-খোক্লেল ফ্লাবগা
মুংশি মৈশা লাংলবী খুঙ্গুবিজ্ঞান কল্লানা
মমাম্নবী খন্দুনা, মুংশি পীরাং শিন্থরী।

লৌবী পাখঙ চাউবগী থম্মোয় কায়বা মুরদা
লৌনম্ ঠৈবী শাবী মাগী নমথাক রাবী ভাত্রা?
মথুত্তগী মচিন্না য়ংবা খুঙ্গং মোয়াম উরগা
রায়েমশুবী মো-নহাগী হিগায় রাহৈ ভায়গা
লেপ্পা হৈভাবী ইচল নঙনা নোকনিংত্রা?
শকহেম্বী থম্বালনা ইরুক্তবা কুমলগা
ভক ভকবা ঈশিংদা মশাগী মমি উরগা
নপূ য়োইবনা শোনজবা মহাক্কী হকচং নিংশিংবদা
ইকায় মমোন নোকপত্ উরকত্রা নহাক্লা?
মপু নিংবা শর্ম্মানা নঙগী লাইজব-খুজোক্লা
মুমিৎ কোবা লাইদা ওনত্নুনা থী। মস্ত্র ভায়গা
নঙগী থম্মেয় ঈপাক্লা ভক্তি ঈথক্ হোদয়া?

গুরু-শিষ্য অনিনা চিত্রাঙ্গোনগী তোর্ববান্দ'
নংগী লীলা উরগা-মপুমথিংনা থল্লম্মী
মরাল লৈজদবা থুসঙ অমবু মুৎহল্লগা
মগুন লৈতবা থুঙ্গং অমবু থোমজিন্‌বা
করম্বা বিধিগী য়ায়েলনো থঙনিংঙ্রা ?

---

## মহম্মদ আলী

লাইরবী পলেমগী পাম্রী অহল ও
নহাক্না নোঙ্গাথীবা পস্মুইদা।
খঙহৌদনা ইমাগী মায়থোং মকৃশিনখে
মাহুমা থাক্তবু লাকশিনখীবগুম,
লাংশিনখ্রবা সমাজকী চিন্নান্দা.
নহাক্কী মিংশোম্না ভনিকপউরগা
নিংভমদবা সমজকী কায়রবা থম্মোয়না,
হিক্ল' হিক্লা তোংথাবী মচুপা মেত্তুনা
কদায়দা চংখ্রাবনো নোংপোক মৈরা অহুবু,
র'ঙথেক্রাক রাংবা, চুমজ্রিং চুম্বা
নোকফেৎ তৌবা পোক্লা ঙৌরবা,
মহৌশ' ইবুঙো'না পিনারকপ শক্তম
এরিয় ন মাম্ব' চংখোম্ব' ইবুঙ',
য়ুমথোং খুদিংদা যুগকী পাউদমবা.
বিজ্ঞানগী ছাত্র, অচুম্ববু নিংজবা,
অনৌবা যুগকী খে ভথাং খঙবিবা,
বৃটীশ সরকারগী অহাম্বা সিভিলিয়ান
সমাজকী লৈকোন্দা য়াহৌ ঙম্বা চেক্লা,
নহাক্না পামজবা সমাজকী ফিভমনা
ভসম্বু শিংথারী নহাক্কী থৌগন॥
কলকপা কয়ানা মিহৌবা কাংবুনা—
জুয়াখোর যুথকপ', ফিরিঙ্গী হায়নখী।
বিজ্ঞানগী মঙম্না ভান্নবা নংক্লা—
চাউখৎভবা সংস্কারবু ভমথীনা য়েংলম্বা
জ্ঞ ন তাদবা কাংবুনা য়েক্লবনি খল্লম্মী।

ইবুঙো [illegible]! [illegible]নগী লায়ক।
নহাক্কি অচুম্বা, ফজবগি ভক্তনি।
সেবানা ধর্ম্মনি, থম্মোয়না লাইশর্গনি।
নহাকী স্মৃতিদা শিল্লজরি ঐহাক্না
সমাজগী মাইগৈদগী পীরাং অনিদং
শোনজরি নহাক্কী পুন্সিগী য়াথক,
"And miles to go before I sleep"

---

# হিয়োঙ্গা চেক্‌শিন্নু।

কাউমদবা চীং. লাঙ্গুমদা লৈকংলো,
লানগদবনি অহিংগী অমম্বদা,
চেকশনবিমু বাত্রীশিং, অকম্বা খোংফমনি।
নিকলক্লে হিনাউ, হৌরক্লে জোয়া'র. লমুক্তঃ হিয়োঙ্গা
পালমুত্তংখে, কনানা হিনায় চুমগনি ?
খোন ফবা কনা লৈ ? খোরুকলো ঙসিদি,
কৌরীনে নংখোইবু মাংচৎনা ভতুনা।
অকম্বা মুংশিংহনি, লান্দবসু য়াদে
পুগদবনি হিনাউবু পল্লুংফম বাংমদা।

অমম্বা অহিংনি, চেকশিল্লু ইমাগী মন্ত্রী-সন্ত্রী শিং।
যুগ কয়াগী অপুম্বা অরাবনা
হ'য়দোকখে, ঙসিদি লানগী পাউ।
নিঙবা কায়রবা মখোইগী থম্মোয়দা
পুরকলে অকম্বা থাংউমদা মৈশা।
লোইনবিমু মখোইবুসু লানগী খোংচৎতা
পিনবিমু মখোইগী ফংফম অধিকার।

গতিলৈতবা অদ্ভিনি, ঈশ্বাক্সয়ে ঈশ্বায়দা, ইৱোইবা
হৈতনা
হিহোম্বা। য়েংলনি ভুসিদি নাহাক্কী ৱাশক্কী পাঙ্গল,
মিনাই য়োলহিংদগী ইমাবু কণ্বগী।
হিন্দু নত্রাগা মুসলিমম্বা কনানো হংলিবদো ?
হায়ুনে হিহে ম্বা মীওইবনি ঈশ্বাক্লীবসে
ইম গী থম্মে যগী পারী নমোমন্নি।

# অতোং য়োশনগী লাইফম চংশা

সনামচুগী শংগোল অমা তেংজলগা
ঐগী পাংবী য়োশম্না মমান্নবগা লোইননা
শহর য়েংবা চংলশি।
মিংতা আনোক হাপতুনা,
খুৎনা শিংজা পাইদুনা
মমোন কৌবা মিনোক্কা
মমন্নবগা লে ইননা শহর য়েংবা চংলম্মী

ওন্থোকপা মতৌনি। শহর শাযবদু অসিং ?
প্লাষ্টিক্কী মী, লিক্লিগী পোৎ চে,
মফি ম'রাল য়াউদবা পোস্টারগী লাইশিংসে
ইবুংগোগী রাংবীদা হিংচাবী হাযবদু নওরা ?
চিংনরপ, পোক্তুনা য়েংখীবদা উংম্মী,
চিন্নান্দা ঈ-মচু, মশম্না ইফা ফা,
ফিজোনসু লিক্লা শেং, মিংতসু মৈরীক পাই,
শোইদনা কাংবুশে হিংচবী হায়বদুনে।

পামজদে লমদমসে, হিংচাবীগী লৈফমসে,
চেকনুংগি অশুকপা জঙ্গলসে।
ওইজবতা খংবা ললোনবগী খৈদেলনি।
মহৌশাগী মিনুংশি পক্কবা মফমনি।
ফুটপাথকী সুংজেংরক্কা পিরাংসু চুপশিনখ্রে।

চগা চাঁদিংগী থোঙ্গাউঁদা মাংথে, মুংশিবা শুমন্থু
মিনুংশিনা চোল্লবা পলেমগী মাইথোং
মালিকানা লৈতেংলিবী খুড়সংগী তম্পাক
পোম্বী চেক্লাগী কারদোংকম উমংদো কদায় ?
ইমা নংগী তম্পাক্কা মালেমগী অথোইবী লাইকমনি
থুকমজন্নি নহাক্কী মূর্তিবু ।

---

# কেপ্টেইন ইব্রাহিম

ইবুঙো থৌনা কবা বাদৃপ্পরগী বীরবাহু।
নশকৃশু টক্তহৌদে, শক্তমশু লাক্কভমজদে
অঙাং ওইরিবৈদেগী ডসি ফাঙ্গবদা
নংগী থৌনা বারী-আরেগ্গা কল্পনানা
য়েকচরি নহাক্কী মূর্ত্তী কযারু—
শ'ংগোনত্তোঙবা নেপোলিয়ান মানব্রা ?
নএগা থা'ঙশাং পাইবা টিকেন্দ্রজিৎ ?
নত্তরগা ইবুথৌ বারীগী নিংথৌমচা'গুম্বরা ?
চোক্‌থরবা রাখংগী লৈচিল মংক্তো
পৃথিবীগী আনিশুবা লানজাউগী
কেপ্‌টেইন অমগী য়ামনা নকু'বা মূর্ত্তী অমা
ঐগী রাখংগী লৈচিলক্তা লাকলম্মী
নিঙ্‌শিং কেয়ো যঙা'ন্দা শেংনা উরম্মী—।

ঈশিং চাউবা কুমজানি মাইগৈ মরি ইরঙ-লঙই
থক্কংলব । মিযাম্না মপোৎ মচৈ শেম্নরি,
মিপাযগম্বী মুজাশিংনা অঙাং মুবি ঙাক শেল্লি।
খুদক্ক্‌দা লুপশিন্‌খ্রে, খুঙ্গঙপুম্বা ঈশিঙনা
কপ্পবগী খোঙ্গেলনা নোংখোঙ পয়েঙ নিল্লক্‌লে,
য়াইবী থরায় পাম্বনা মপোৎ মচৈ থাদোকখ্রে।
ঈচাও ঈপাক'ঈ'চেলদা'শন ইয়োয়' কয়ামু
লাইবক্‌থীবা কাঙবুনা'ইবাক্কলা' মাঙখ্রে।
ইংখোল মৈখোল অপুম্বা হিংচাবাগী খবাম্তা'।
ধর্মচেম্বা হামিদ কী'ইব্রাহিমরাখদা 'পুল্লরে'
ঈচাওদগী হিঙলিবা মাঙ্গোল পুম্বা থনখে ।
মীয়ামদগী অহন্ন অমনা হায়দোক্‌লম্মী
"লৈবাক মচাসা নঙনা মরুনা হেনবা ওথৌরম পাইখৎলোং

ঈচাউদা [illegible] মীয়ামগী মতেংদা।"
"য়াকুগন্নু ইবুংঙৌ, হি জাউত্রবন্নু শহরদা
মীয়ামগী মতেংদা য়োক্লগনি নত্তনা।"
চহি তরা মতাংগী পাখঙ অমনা পুমলম্মী।
ইঙক ঙকনা য়েংনখী নৈবাক মচা পুন্দনা
ইরাউ খোল্লা নীল্লবা ঈচাউ ঈচেন্দা
মখুৎ খত্তনা হায়রম্মী ময়ামদা 'বিদায়'।
মিপাইরবী মহাক্কী পলেম্না পিরাও শিন্থরখী।

Brave boy ! how daring you are !
Valient young man, how can I help you ?

ইপাক লাইজনা চামথোক খুবা মিয়াদা
তরং লাইজা কঙথুবা মতমদা থুমলম্মী
"My people are at stake in deluge
I came with S O S Mail
Please help the dying people"
থুদক্কুদা অঙম্বনা হিজাউ অমা শিন্নবী
উপায় লৈজদ্রনা মীযামগী মতেংদা
হরাউ তয়াম হায়রম্মী "Thanks to you"

চয়োল কয়াগী মতুংদা
চহি চামগী অতল অচুনা
পীয়াং লাইজা শিন্থরগা হায়রম্মী
"নুংশিদা ইবুঙো'। ইব্রাহিম,
থাইনগী ঈচাউদা তেঙবাংখীবা।
তাইবঙ য়ামীনা তেনথুবদা
নঙনা তুমখুন হুনখিবদা
ইচিক চিক্লা নৈহোৎরে,
কেপ্ টাউন ইবুংঙা পোথরো
পুম্নি লানকম লোইরেদো।

# ঐনা লৈত্রবা মতমদা

কনানো নখোয়বু মরূপমপাংশিং ?
কনাগী নিঙশিং থৌনাংনো লাংলিবা ?
পীরাং মানোক্তী মালী মহাকপু
কয়ম্বা লৈপবেং চুকপীগে শিল্লিবা ?
থম্মোয় চাউবা ইচিল-ইনাওশা
মহাক্লা লৈত্তবা খরনী রাবরা ?
মহাক্কী শক্তনা মোংফম মমুংদা
নবিচিগী শরুগুম শক্তি পাযত্রনা
ইমাগী থৌগন্দা মাত্তং নিজরি।

নখোয়বু পামজবা মহাক্কি লৈত্রে
মহাক্কী রাখলনা অত্তৎপা লৈত্তনা
নখোয়বু নুংশিবা তত্তনা ফোংজরি।
নুমিৎ থাজনা, ইহরাং লৈরাংনা
মালৈয়া নুংশিৎ নামিবা মহাক্লা
ঙসিত্ত কাউদ্রি মহাক্লা পামজবা
মৈতৈ ইমাগী চাউখৎপা শক্তম,
মহাকী রাখলগী য়াইফ থৌরাং,
পীরাং মিনোক্কী মালী মহাকপু
কয়ম্বা লৈপরেং চু কুপিনিংবগে ?

পামজদে মহাক্না নখোয়গী ঈরাংদো
অমুক্ত থিবিয়ু মহাকী শৈরেং
পীরা৲না লেংলবা ইমাগী শৈশক
মহাকী শৈরেং লৈনবু থিবিয়ু
মহাক্না পামজবা বাখল লিবিয়ু
ঙম্লবদি খিকৃপিয়ু পিরাং খিজং
মহাকসু মীওইবনি খল্লগা
মহাকী মীতংশি নিংশিঙলগা ॥

---

# চহী চামগা মতুংদা

কনানো কাঙবু অনিবু ?
কনাগী নিংশিং থৌরাং লাংবনো ?
নীংথিবা ফিজোল শেংলা,
ভরাওরুবা শকহেৎবা, শকহেৎবা কাওবুসে
কনাগী নিংশিং মৈচাক লাঙবনো ?
বসন্ত উৎসবওয়বা হয়াও তরাম মরক্তা
শোয়রিবা মিংলেনদি
যুগনা কাওনরবা উফুল মরক্তা তুমখুন হনগ্রবা
কবিরেন অমগী মতৌ মাল্লিদো ।

হজুকী মরক্তা মাংথ্যবা মহাকপু
জ্ঞানগী ইথৌলাংবা কাংবু অমনা
চহী চামগী মতুংদা আবিষ্কার তৌবিরি ।
চুম্মী, আবিষ্কার কায়বক্তমক্তি ।
নত্তে, মহাকপু সমাধি মতুংদা মাংগ্রবা নত্রা ?
নখোয়না মহাকপু নিংশিংবিবা
মহাক্কী কাওনরক্রবা কলাগী ষ্টাইল,
থম্মোয়না পামজবা খুদম,
মহাক্কী পেন্দ্রবা থম্মোয়গী আশা,
মৈতৈ লৈমা মহাক্কী কল্পনগী শক্তম,
কবি মহাক্কা খল্লুবদা থোকখিদ্রবা
শাবী শানৌশিংগী থম্মোয়গী মঙলান,
মৈতৈ সমাজকী চাওখৎপা ফিদম
জগৎনা শোয়রবা ইমাগী ফিভম ।
মঙ্গলগ্রহদা কোয়রিবা কাঙবু নখোয়না
তুংদা হনদোকলম্ত্রা নত্রগা থুংঙমত্রিবরা ?

মোংকম্বগী চিক্রুবা অমম্বা কাদা
কনাগী নিঙমল্লবা পিরাংনো তুংলিবলে
মৈতৈ ইমাগী পারী কনানো পোথাদনা থল্লিবলে
কম্বা পেল্লবা য়াথলনো ?
অনৌবা মতমগী ইচিল ইনাওশা
ঙসিসু থম্ব া নখোয়না।

---

## শরৎ লৈমা উমংদা

মেংলবা শরৎকী মিরবা নাশোমদা
ইতোমত্তা ফমচুদা চিক্কা লৈরিবৈ
তারমদায় হুমিৎনা মালেমদা য়েংলগা,
মেংলবা খোঞ্জেল্লা ভুমিন্না হায়রম্মি
"অমুক হন্না লাকচগে অনৌবা খুদোলগা
শীনবীরো মরূপশা ঙসিদি।"

পোম্বী চেক্লগী হরাওবা খোঞ্জেল্লা নিল্লবা,
লৈনয়া লুপ্লবা উরিলৈ কুঞ্জদা,
নামিবা হুংশিৎনা লক্লরি লৈরাংবু,
মীপাইরবী উনাশিংনা ভনিকৃপা উরগা,
কবিনা খল্লম্মী বিধিগী থৌরাংদি নুঙাইবনি।

খোইমু লৈরাংগী নুংশি শৈশক্লা,
পোম্বী চেক্লাগী হরাও শাথেক্লা,
থাজগী মেংলবা হুংশি মীনোক্লা,
কুঞ্জবনগী অপুনবা ঈশৈনা,
মপুগী য়াইফ থৌরাং তাকপ্রা ?

কুঞ্জগী হরাও খোঞ্জেল বাংমদা
তারিবশে কনাগী তেংথা খোঞ্জেলনো ?
পীরাংনা চোৎলবা মীয়াম খুজংদগী
চদৎনবা করম্বা পার্বী নমোমনো ?
লায়েংবা ঙমদরবা পলেম কনাগী খোঞ্জেলনো ?

হুখিংকী মীনোক মরিক্লা থাংজবদা,
অমথনা থাপেম্বু কুপ্ শিনজবদা,
হল্লাওবদা চোকথরবা কুজনা থাহিপজবদা,
কথিনা [illegible] [illegible] নোমজনা,
মীওইবা নহাক্না মীগী দমক্তা
কন্নবা থাইক থৌরাং শিনথগে ?

---

# ওমর খোইয়ামগী শৈরেং খরা

( ১ )

হৌগৎলো সাকী। নুমিৎকী মঙাল্লা
অমম্বগী কৈশুমপন লানথুনা
লোইচনপ্রে সুলতানগী দালানগী মতোন ফাউবা।
লোৎখে, থৌবান মৈচাকশিং পোকথায়রবা কৈশুমগী নুংঙেং কিহুনা।

( ২ )

অহিংগী থেংলবা তাঙ্গদা পোথাশং অমদগী
শকখংনদবা কনাগুম্বগী খোঞ্জেলদা তারম্মী
হৌগৎলো ইবুঙোশা। পুন্সিগী পেয়ালা থনজল্লো
পুন্সিগী ঈচেলনা লৈকংলাদা কংথ্রিদৈ।

( ৩ )

অনৌবা চহিগী তাঙ্গাসিদা নিংশিংলক্লি মাংপ্রবা মঙলান কয়া,
ভাবোক থম্মোয়না অচিকপা লমদমদা খোইদাজে,
মুসাগী অঙৌবা মখুৎনা শোকপদা শাংবন্নরা উমং
যিশুগী নুংশা ঝোরনা শেংকনপ্রবা লমদম।

( ৪ )

অচিকপা কুঞ্জগী গ্রৈপাল মখাদা কাবাগী লাইরীক অমগা,
অঙ্গুর মহিগী পাত্র, চাক্লিঙায় থরা অমসুং চান্নবী গাশোইননা,
অচিকপগী নুংশি ইশৈ ঙংলবদি নাক্তা,
অপেম্বা পুন্সিগী লমীদা, লাকনি মর্গগী নুঙাইবা।

# মুপীগী হকুচাং

পৃথিবীগুম্না লোঙথোক্লুনা হিপলী
মশাবু কংখোকচবগী মওঙদা
মুপীগী হকুচাংদা অঙৌবা চীং অমসুং ফৈগল
নঙোন্দা শম্পোৎ শুরি শা-গুম্বা
লৌমী ঐগী কামগী হকচাংনা।
মহৈদি ?  লৈমুঙদগী চোঙথোকরপা অঙাংনি।

উপাম্বীগী মখুনগুম উচেকশিংনা
থাদোকলমহুনা পাইহুনা চেনখী ;
অহিংনা ঐবু তাউহল্লি ; মখোঙ অনিমক্না নৈরম্মী।
ইশাবু কনজবগী দমক্তা নঙবু ঐনা অস্ত্র ওইনা পাইখৎলি
ঐগী লৌরুংদা নঙনা তেন, অমসুং চিংশিনবদা তেকৃশিল্লি।

অহিং তাংলৌ থেঙলকলে,
লমন খুমগে খল্লকই ঐগী থম্মোয়দা,
উজানা কুপলিবা চেকশিল্লবা শজোমগী পাত্র ;
গোলাপ মচুগী ফৈগল মক্নগী নাক্তাগী
মৈগী ঈচেলগী ঈরাউখোলনা মিয়বম্
অবাবা—চোকথবা পেংকহল্লি।

হো ! ঐগী নুপীগী হকচাং, খোঙান কংলবদি,
নক্না লৈজনিঙই মৈরাম্বীনা মঙানগা লৈবতম ।
পঙথৈ লৈতনা খোরাঙবা অমসুং কংজনিঙবনা
ঐগী লম্বীদি চিংনবনা চেকথায়রবনি ।
অমবা তুরেলগী ঈচেলদা মখা নাইদবা
কামগী ঈখো-ঈরানা চেন্থরি !
মথঙদা চোকথনা পোকখী
লোইননা পঙথৈ লৈতনা নুঙাইবমক পাকখী ।

---

# বীরাঙ্গনা অমগী মফমদা

মীৎকুপ খুদিং ফীজোল অনৌবা হোঙ্হনা
অমোৎপদা অথোইবী লমহেখী নহাকপু
থোমজিল্লবা নথাঙ্গুবু থারি থারি তৌহনা
খোয়া মাম্বী ননিঙতম্দা কামগী ঈথক্ চৌন্দুনা
শাহুম পাম্বা লমহুই মপাঙ চৌকল্লিবী
য়ুমথোঙ খুদিঙ এনৌ য়েঙ্খাং তংলিবী
কয়ম্বা লাইগী খুশেমনো নহাকসে।

কামদেব লাংপদা মিঙচৎ খোম্বী টাদমা
মরাল লৈজদবা নচাশিংগী পীরাং লাইঙ্জ উদরা?
লীচৎ খঙদবা সমাজনা নঙবু 'হেলেন' কৌরবসু
লায়া-পোকপা নচাশিংনা তুকচৈ শোয়রি।
মমায়বনা নোঙবদা পিরাং লাইঙ্জ শিঙ্ঘরি।

কনাগী ময়ালনো খঙজদ্রে?
ওইজবদা পামজবা সমাজগী বায়েন্দা
[illegible]োয়ারিবী তাবাগী চঙ্গয়বা মপুরোইবনি।
[illegible]পাক্তিদা পেন্দ্রবা শানৌ মাগী পুসিদা
[illegible]গী লৈকোম্বা কোকিলনা লৈত্রবদা
'[illegible]' [illegible]বু হুংশিরুবা, কামগী মৈশা লাংলুবা,
স[illegible]গী মীৎয়েংদদি ওক্রবী,গী ঈথাঙনি।
[illegible]সুং পুঞ্জিগী বায়েন্দদি বীরাঙ্গনা কোগনি।

14791